# শৈরেং য়ারেং শিংজু

( ছাত্রশিংগী ইব অমসুং উৎপ তন্নব )

লেংথিব।

জি. সি. তোংব্রা
যামিনী সুন্দর গোল্ড মেদালিষ্ট,
হেদ অফ মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, ইম্ফাল কোলেজ

মমল, লুপা ২.৫০

প্রিণ্টর এণ্ড পব্লিসার,
গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেস, প্যাওনা রোড, ইম্ফাল।

---



মে, ১৯৬৭ ইং,
অহানব খোংব কোপী—৬০০

# শৈরেং ব্বারেং শিংজু



## লাইবক তম্ব

হোরেল ইমান ৈসরগনি,
হয়েং বাজিন ফুরগনি,
মাইবো তামো. হোয়দি হায়ব
ঙমজরোই ঐদি।

পাঙল শোনবী লুক্তানি ঐন,
মপুন শেম পাঙনব নিপ !
মাইবো তামো, হোয়দি হায়ব
ঙমজরোই ঐদি।

চিংবগী চংপনি চেক্তনীংদবী
অহল লমন কিক্তবীনি
হোয়দি হায়রোই, মপুগী নোংদম্নি
থুমজগে তামো।

( তাং ২৭-১০-৬

# প্রার্থনা

পামজদে ঐদি তাজমহল, মনিন হৎপ মুঙভো দলান
লৈজগে অচম্ব চেক্কি য়ুমদ।
পীজবিয়ু মুক্তিগী শোইদন, শরেং থোংব ওক্রা তাণ্ডব,
চাজগে মহোশা হৈনজব মথেলদ।
চাজরোই হেম্ম হাণ্ডব, ঘী থাণ্ডদন ভোক মথেল
মমল য়াম্ব, অঙম অথোগীদো।
থন্নাইন তাজব অমথক্কং, নিজগে মপূম্মী মথোঙ থম্বালদ
মশক্ক, মরলদ, মহৈদ ন্নাজব।
পামজ্রদে অতৈ করিমত, অন্না অনা শূব নোম্ব,
নোংজু মুংশাদ কোইন চৎপ।
চানবিয়ু থোজানবী ঈপাক, পীবিয়ু অন্নাৎপদং লৈজব,
নোক্কুন খেঙ্কুন পুন্সিসিদং লেজব।

( তাং ২৭/১০/৬১ )

# লীলা মরুপ

হায়নৈ নংবু মীন

শজিক মতুং ইনখ্রে, থবা মমৈ য়াইখ্রে।

উরি নংবুদি ঐন

পুংক্লিংগী মিংন তংতম, উনিংব মতম থিবিক্ত।

স্নৈদ নত্রা মরূপ

ঐথোয় ময়াম ফম্বদো লৈপুংদ মৈ হৌরগ ?

বারী কয়া লীনব,

ফাগি কয়া তৌনব, থাম্বিনব য়াওদন নোকপদো

কাওরবা নং হাওাঞ্জবা

শকলোন পুবী শিন্তেলদো মতমান লৈকোন্দ শাৎলবী ?

মাদি হুজিক হুংত্তাইখ্রে

মীয়ম লৈবাক্কি ইরাংদ শাওনিংত্রা নং মরুপ ?

ঐবুস্থু মান কৌথিদ্রে

উম্নরগ মোকফেত্ত মতৌই, নঙ্গী য়াস্থ হংলক্তে

চংলুই মরক মরক্ত

মথোয় থোঙ্গান ময়াদ মমিৎ মিৎয়েংদু থত্তনিংবন

অয়েষদ উরকই মাবু

কেন নৌব লৈহৌব শেঙ্গাও পায়বৈ মমাংদ

ইরল য়েংই লৈজদ

মরুপ নংন লৈতবগ, পাঙ্গনন পাঙ্গদ শোনবানে,
অমুক চিংউসি কদায়
শেয়দোব কিবে থরাইন মৗনায়ব ওম্মোই থনবদ।
ইতৌ উবদ লরুরি
মাবু শংব শেঙ্গাওন, "নতিক লৈরগ পুরুথো"
নাপদ তৌন ডাংলি,
"সঙ্গ ফব মথোয়নি, মৗরম লাইরা হৈবনি।"
শানৌ ওইবৗ মহাকসু
মৗরম ফিজোয় পকচরে মপাম লোনচং থানিংলে
করিগৗ নপিনো মরুপ?
নতৌ য়েঙ্গে লরুবনি, মতম লাকথিনি শোইদন
নথোয় ঐথোয়ন লাংলগৗ
থোকউ হায়বদ থোকহনবৗ, ফজো হায়'মথৈ য়াঞবৗ
য়াথলগৗ মথা পোঞবৗ
মাবু কনান কাবদ মতসু কয়া কুইজনি?
অয়াইব ফিগেন কেবদ
পকচবৗ নত্তে মহাক্তি চৗয়োল লোংউপ কম্বাক্ত।
চিংউনি নোংম শোইদন
নঙ্গৗ ঐগৗ কজবৗদো লৈবাক্তি অচুম য়ায়েম
পৗয়নি শোইদন ঐথোয়দ।
মরৈবাক্তৗ কৈজব থয়ন পূকচেল শেংন কচ্চব
চানবিনি হৈবেন্মা মহারু।

থাক্ক থাক্ক নোকউ প্রোমেথিয়স ভিংথস,
কাকয়েন্দ থিজাইহল্লু
থবোম্বীহু নহাকি শোগনি রাবনগী মকোক্কুম
করিগী চিন্তানো ভীমসেন
জয়দর্থন হুখিব দ্রৌপদীবু কয়া কুইন লোংকদগে ?
হন্দক্কে চুমথোকখ্রে মতম
পিক্লব সেকেণ্ডগি দশমিক পৃথিবীন খোঙচৎ কায়বগী।
কনান উৎ চায়গনি
লৈবাক মীয়ামগী মমিৎত কয়াবু কুইন থুপ্লব
সত্যম শিবম সুন্দরম
ময়াং সনারৈ উৎলগ মেলৈ লৈস্নানি হায়বগদ্রা ?

N B. লীলাগী রাথগনি, নোংয়াই।
20. 11. 63

## মমি

মাঙদ চংলিবী কনানো
অমুক্তদি নমাইহু উৎলম্মু।
তুংয়াম্ন নঙ্গী হুখ্রে
থম্মোইসে নৈহৌব ঙমজত্রে।
য়েংনব তাঙ্গি কংলরোই,
তাল্লহুসি কদায় মাংজদেরে।
নংবু থাজন্না অভ্যাগী
নাকল অমত্তন পেনহন ঙম্বী।
শরৎকী থাবল্ল অতুগ
উহন্দ্রিব নমাংগী শক্তমদো
নতুংন নিংথমগী উনথা
লাইরবন থাম্বদ য়াদবী।
নোমহৌ নোমহৌন চৎ
থেক-নৌন য়েক্লিব নওং
লমজাওগী মুংশিং মরক্ত
নমিদি মুত্রে থম্মোইদ।
নংবু ত্রোয়গী হেলেনলা
হন্নালিশীংন তান্দোবী
নোংবাম্নি থনগম্নু থোইবী,

অমুক্ত হন্ন য়েংলমখো।
শগোল তোংদন য়াংসবী
লাপ্ল লাপ্ল লমঙানবী।
দান্তেগী বিত্রাইসরা নংবো
দিভাইন কমেদী ইহনখিবী ?
ফোষ্টন থরাই বন্ধান থম
লমলানব্রা নশক্তু উনবা ?
ফজবদি শোইত্রে থঙলে
অদুবু উদনদি পেনঙমদে।
মমিনি কালিদাস খুংলং
উংলিব তুংয়ান মওংদো।
নমাংন লীলা শকুন্তলা
লাইরোন্দ ইরম্ব পাঙমদব।
সেক্সপিয়ারন উংনিংবন
মাইথোং পুর্ণিমা ঙমজব
মিং খুব ঐথোয়ন উবন
নতুং, অয়াপ্লদৈ লাকশিনব।
থঙলে শকহেনবী ইবেম্মা
নংন লোংলিবহ্ন মানি
ঙমথৈরক্ত ঙমথৈ নাইদব
কবি গুরু রবিন্দ্রন তাকখিব।

তাং ৩০—১২—৬৩ ইং

# খোংজোমগী

## খোনজেল

এপ্রিল, ৫৮

অকাও ঈপাক্কা থুমখ্রবা
মপাও তম্বা নংখিদবা
　　　　ঋারবা থরাইনা থারমদাই
　　　　করি ইজিংপু তৌরম্বা ?

উ:হৌবা ম্রাওরগা তখিয়ু
তাকখ্রব কোঙোনগী মপাওথোন,
　　　　লৈবাক্কি কংখিব থরাইন
　　　　পাওমেগ করি মেল্লম্বা।

মাইকৈ অসোমদ চেক্লরি
নিংশিং ঈচেল অপিশক,
　　　　ক্ষেবু চীং য়েং-ওইনন
　　　　ভাহুন থেংহুন লাওথেন্দ।

মতমগী লোক্তগী তবন
চেক্লবী খোংজোম লাইরবীন
　　　　করি পাওমেন কনাদগী
　　　　তাহৌব তমজগে তাবিরো।

তাংলব মীতৈ থরাইন
মনিং তঙৈ লানকমদ

থাক থাক নোঙুন
খেংজোম থোংবান্ন হায়রম্ব।
মাংদ অকনব য়েরুবন
শুৎলি থরাই লৌরগে;
লৈবাক্কি মিংচৎন তুংদ,
মুপী অভাংমী নিংতম।
হিংদ্রুন করি কায়রনি
মাংলবদ্র নিপা থোকপ?
মীনাইদৌন হিংদৌ থরুক
সেম্ম শিরগে ইনিং ফংখেতে।
তক্লোনব তুংগী নহারোশন
লৈম্নাক্কি মাই ভাকপ থৌ,
পুন্সবু থন্দুন কৌশিঙুম
কচ্চার লৈবাক্কি যজ্ঞ।
অতুক পাংদব করিগীনো
অকনব লৈবাক্কি মচাশ,
ফীমন খুনব কংনব
চাকলেম চাও পীনব.
করিগী ইস্নুরি হুইগুম
লাক্লকপ খোইহুমুগী তুংদ
নশাগী ইজং য়োম্বোকুন
নচাবু মীনাই চা হায়হন্নুন?

থক্রো ঈশিং খোংজোমগী
পাখৌগী ঈন থুমহল্লব,
চাব য়াংডুন শিনদে
অকনবে লৈবাক মণিপুরদ।
মিংচৎ মাংবৈ শিনথি
অচুব কয়বৈ মাংনথি।
নমথাক লৌনম কানব,
লৈবাকি য়েক্নব হাৎনব,
নকী শেম্মু নহারোল,
মতুং ইনখো পাখৌশিংগী।
ভাবিয়ু পাওখাং খোংজোমগী
মতম কাওহল্লিব তীর্থগী।

---

## গোবিন্দগী শরীক

থয়ান মৈয়াবু খাদব থাবন্দ
পুক্নিংগী অখোংপ মথৈ থাদোক্লগ
তাহন য়েংবিদু থরাই য়াওব
অচৌকপদ গোবিন্দে শরীক
গোঙ—ঙ-ঙ গোঙ—ঙ-ঙ

অরানব কয়া থরাইন পামজবৈ
পাংলুব পওলিবৈ, নহান থাওরিবৈ,
হৃজিক্তি লিংশিংবদ তুবু চুংলে
শরীর ভংবদ পায়ে,
থম্মোইদ হুড-ড হুড-ড
পুন্সি তেনব ভাইবং কনাদ
মাওদব মিংচৎ পীনগে থিংবরা?
নোংদোন থোং:লন হাংবিগে থিনবরা
থম্মোইদ কো...ঙ...কা...ঙ...
লাংতক্কনে থরাইনে।
তাং ২—১২—৬০ ইং

---

## মায়থীনব লাইবা মচা

১। নীংউ নীংউ, নীংনীংব অম নীংউ।

থাতোম পেন্নোই নোংদোন তম্মু। হায়দ্রাবাদকী নিজাম নত্রগ আমেরিকাগী হেনরী ফোর্ডগুম ইনাক খূনগে, ইশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগুম লাইরিক হৈগে, টার্জানগী মথক ভীমগুম পাঙ্গলগে, নিংথৌগুম ওইগে নত্রগ মতৌ তমচন ইশৈ শকপ তাবদা নখী নীংথাংগন ইকাইনবব, মগুং লাঙ্গী মমিদা থোশাবদ অহল নমম নেংথাইরব অদোমগী লৈরাং সীনেমাগী ষ্টার, লৈরাংদগী হেনজিংবী লৈরাংদো, হয়া তোংবী লৈরাংদো তাংলোই ওইগে নীংবিয়ু।

নীংবদ নীংউ, নীংইবদু কংবদ মচিক চানবা হোংনরকনু ; নীংই বদু কংহনগে লাকপ খুদোং চাব মবৈ উরকনু তুমহন লৈ-থোকউ। নীংব থুংদনব অহানব লম্বীদু অসিনি।

২। থল্লু থল্লু, কোইন য়েংলগ অপাম্ব থল্লু।

এম, এ, পাশ তৌরগ মন্ত্রী মকোক ওইনিংব্রা ? অদুদি ওসিদগী রাজনিতী, অর্থনিতী তমথংলো। হৌরৈং কোর্টতা চংলগ বিচার তৌরিব জজদু ওইনিংউ। আইন তৈতন জজ ওইবদি য়াদবনিন রাজনিতী অর্থনিতী থম্লগ আইন তমথংলো। হংচিং থিয়েটরগী লৈলদা লীলা য়েংউ, থম্ব শানিংডবনি। আইনগী লাইরিক য়োরো, ২ শুব অশোক কুমার ওইনব লীলাগী পার্টিদ নমিং চল্লো, একটিং করা তম্মো। মশেম লীলা শাম্নব স্থমিত্রা দীপ্তা স্থপ্রীব শাব মানব পাথং অমন লৈশাবী ওইদা হাপ্তুন থোরকপ উবলগী লীলাগী থাকপ নশম তেম ককথংতুন লাইরিক অরিবশিংদু য়োল্লগ থোংগ্রাও থাও চুব শেংতুন গাড়ী শেম্মো হেন্সিমেন ওইরো।

পুকচেল চাওম্ম ভাব ফজন দলান শাগংলু। থবক শিংন শেল তিংম শাগংপ অদো শিদোরুপ হোংবদা লেপকনু। খোলৈদা অপাম্ব ফংলোই। মসিন ২ শুব লম্বীনি।

৩। হৈয় হৈম্ন, নথুং নশা য়াম্ন হৈম্ন।

শিংবম্ন শিংউ, ওথাক শিংলৌ। হৈস্ন হৈরব শিংম্ন শিংলবু নংন পুন্সি অসিদা নম্নায় পাক্লদন নোঙ্গাথ্রগে, য়ুম নিংথিন শাক্লরোই হায়রবদি ইয়াম্নথোয়ন তাকনি :—

মক্ক অমন মরু চাম লোকপদি লৈবাক্ত পোং থাবদা লৈরে, লপাওদা থাবদি শোইগল্লিদনা। হিঙ্গোলদু নিংথিন থোই-

লোক্লো, হার ফর ফরহ হাংগো—মনা মশীং উইহ অহাওব, য়েঙ্খাং নাপী চাদব মত্রব মতম চান থাক্লনু। নোংজুথা মোয়ম নাপী শিংবিন বিক থম্ন সীনেমা য়েংব কায়কপঙ্গম হরাউ হরাউ হৌ-রকপদো য়েংহন লৈয়ু, মুডাইখ্রগনি। মথোইগী কুম্মে য়েংন য়েংক্ন নথুং হৈব নং লেয় লৈথোক্লনু, মেজ চৌকী অলমারী চম্রব উ লৈয়ু থুংলাই লাংউ হাংখৈ হোরাই, পায়ক থেঙ্নু। অলমারী কাংথোন অমত্তা লোইদম মুপীগী হায়বার শানব শনা লেপ্লো কাং নকশিল্লক্লে। কোন্সংদ বারী শাবম কলিকাটা ললোনব তোংই তাঙ্নু কাং মমাংদা থেংচং অম নংনব চেংজেন য়েংখো নপোং লাংও .. ... ..। ইবুঙো নংন অমুম তৌন লোইশিনব নাই-ত্রবদা মী ওইন পানব হায়হুদি ইম্মাখোইদি হায়ব ঙমজলোই। মশিন নিংব থুংদনব ৩ শুব লদ্বীনি।

৪। ওইয়ু ওইয়ু, মপা লৈত্রব আর্টিষ্ট অমা ওইয়ু।

নংন য়েকপ লাইন পাং চন্দুম কাংগী নাকল থংত্রবদি জগবন্ধু লেংশিনবদা মতৌ মান্দব ওইসনু; নংন শাব জগোই, শকপ ইশৈ য়াওত্রবদি রাশবিহারী শ্রীকৃষ্ণগীন ইরোই তোংহুম বাশী খোংহুন রাশ য়েংব লাকপ ভাবোক কাওব পেনবিদব ওই-থনু নংম শাব স্বরস্বতী দুর্গা নত্রবদি হুন মচান লাম্মীন লাংপদা চাদব ওইসনু।

কৈদৌৈ লোইবিনি? হয়েং লোইজগে। কৈদৌৈ শাকপিজন ঙম য়াওবিনি? হয়েংদি শোইজরোই, হয়েং। হয়েংগী হয়েংদা হায়হুন লৈরবক কনাগ ভায়াবু ইবেম্মবু থাজগদগে। থাজবসু থঙ্গিলো, য়াওশং, কাং, রাশ পূর্ণিমাবু — — ... ... ...

ইবুঙো ইবেঙোখোই নৈবাক মচাগী হয়েং লৌরাই মচাচুন য়ৈথোকপ ঙম্‌ব্রাও ? হয়েং হয়েংদা হায়চুন য়ৈথোকপবু হৈনবিরবদি ফন ফজন হৈবিব মহৈ ওইবিয়ু, মতমগী নৈকাংদ চাথ্রনি। মসিন্ ৪ শুব মায়থীনব লম্বীনি।

৫। পুবচেল :শংবদা মিং চৎপিয়ু, অরৈব মথৈ তেংন হায়দোকপিয়ু। ফন মতিক মগুণ থোনা নৈব মী ওইবিয়ু, ইরাই লাইন অঙকপ ফংব ময়ায় পাকপিদব য়ানি।

থবক ওইন তৌবিরুম্‌, চীয় য়াহৈন, প্রধান পাহৈন থবক অচু পাংথোকপিথ্রে', খুৎতি থাবিরুম্‌। ঐদি ইতিক অম্বুক নৈব, ইরল অচুক নৈব নিপা নিপীনি ; ঐগী ইতেং পাংথিনব মরী মতা অচু অচু নৈ, ঐগী ইমৌশিং ইথোনা য়েংউ— মমাংদৈদা অচু অচু তৌব ঙমথিব নিপা মুপী ঐন অসি অসিগুম থবক ঙম্মোই হায়ব নাতে চাত্রা ? মসিগুম অহৎদি পিরিব মতম অসিদ নিপা ঐন ঙমকম্‌ থোক্ত্রা— অমুক্তা থন্দুন য়েংবিয়ু করি হায়বগে ? ময়াম— "নত্তিক্লি, নত্তিক্লি করিগী ঙমদদগে। নংনবু থৌরুপে হায়-রবদি থবক অচু নঙোন্দা ইরুই লাইন থোক্লনি।... ... ..."
(ময়ামচু চা পিথক্রে)

ভাবন শাব দলাল অচু খ্বাইনম্ন য়ান মমেক লান থিম্বুন লৈরবনিন থবক্তা খুৎ থারুবগী করি কায়দগে হায়চুন তম্বুন নৈ-থোকপিয়ু। থবক ইতৌ তৌদন নাপলগী মনা ফংলম নিপান থবক অচু পাইথংলুরবগী করি কায়রিবগে ? থবক অম্বিদি হৈত্নু হৈরবদি খুৎন পাংথোকপিরুম্‌— চিন্দা লোইন তৌব য়াত্রি। ৫ শুব লম্বীচু অসিনি।

# দলাল

ওই নিংই ঐগী পোৎ, থন্দুন থবাইদগী হেনবদ
শেংন চানব, উংতুন লেম্নব, লোইনব লৈননব।
থোগোংপ পাম্মে, নিংবডাক থুংনদে ঐসু খঙৈহে,
খঙদে খঙন অথনব অথোইবদা লমচেন্ন তানৈহে।

মীচম্ন লৈনদব য়ুম্মি, তাংলব দলাল চেকী,
ভরুন শাগৎলে নিংব থুংনব পুক্নিং ঐহাক্কী।
দলালদা কারগ য়েংথরক্তুন থৈগে নোংম ইথস্তা
থবাইন পামজব দলালদো ঐন শাজরব অসিরা ?

মীথানদব মীয়ামি খানদে কনানসু দলালগী ঐহাকপু
খঙ্বদ চমমহুন দলালদগী ভারকই নেম্নব লৈমাইদা।
ঐন পামজব দলালদি ইরম্মাই শাজদোব নংলমদে,
মমল ভিংদন ময়াম্ম শাবিব তাংলবজাং ওইরম্মে।
মীথা পোম্নোই মৈত্রবাক্তি

# লাইবক অমসুং জুৱার

তাইবং মীন কংগে তানুব পোং অহু যোম্না প্রাক্রম লৌশিংনচিংব পোং অহু ফংবদ মতিক চানব পাইৰ পুক্নুয়ক শিজিন্নহুন কংলগ মতিক চাদব মীন লাইবক্তা পাওথোংকম পী। মতিক চাদন হোংনবগী বা য়াওবন লাইবক কব মীনি মহাক, মহাক্ক লাইবক থীব মীনি কনানসু হায়ব ঙমদে। নিংথৌমচা ওইন পোক্লপ লাইবক কব অমসুং লুখ্রাবী মচা ওইরগ লাইবক থীব কৌব য়াদে। (হৌখিব মপোক্তা নোমজখিবগী মরৈ ওইন কনাগুম্বন মুঙাইব মানব মকমদ। কনাগুম্বন অৱাব মানব মকমদা পোকই। ... ... — হিন্দু শাস্ত্র)

নিংথৌমচা ওক্কবন পংচাদ চা পংকোইদ কোইহুন জুগোং চাদব মী ওইরকপগী থুদম মশীং থাব য়ানরোই। মথোই অহুবু অপঙব অঙনব মীন মুঙাইবোই থম্লি, মুঙাইবদি মত্তে। অমরোমদা অশিংব অমসুং মরম ওকপ নিংথৌ মচান কাওব ঙনখ্রব লুখ্রাবী মচা তাইবংপান অসিদা উৎম্রে, হেংনবগী পাঙ্গদনা। ঙহাক্কুং থুদোং চাব কংলগ লাইবক কব কৌব চুমদে, মতম কুইন শোইদন লমচংন পীব থুদোং চাব অহুনি অশেংব লাইবক কবদি।

জুৱারদসু লাইবক্তা য়াসি অমাংব মীন পুক্নিং মুঙাইতব তৌদনব অমঙ লাইবক্তা তাইনবনি হায়ব য়াই। চেকশিনব, লৌশিং শিংব, ঙন্দব, হোংনব কনব, পুকচেল কাব ঙম, থরাইন

লোম্ন তাকপ ইনব ডম্ব .. ... ... ... মীশিংদন জুব্লারমস্তু অয়াম্ব মতমদা লোগল্লি। মাংবুদি লোবন হেন্দুন জুব্লারন কাম্নব থবক অম ওইন শিজিন্নরিবশি'হ্ হায়রিব গুণশিংসগী মরক্তা থরদি লোইরব মী ডাক্তনি। জুব্লার শাম্নব মী অয়াম্বন অচুম্ব ব্লাসি থাজ্জ থাজ্জন থাজ্জনিংদে। লাইবক্ত শেগ মাংব লোবদা থাজ্জরবদি লাইবক ফত্রে থংশ্রব নহানমুক মাংশ্রব নিপা অমনা অমুক ক্রগী জুব্লার শান্নরি? লাইবক কৈ থাজ্জব নহানমুক লোথিব মী ডাক্ত শানকম থোক্তা? মরাইবক ফব মী ডাক্তন জুব্লার শাম্নবদি মহাজন অপংব, শানব য়াওবন হকচাং নম্ব শোইদবী দাওনী চাব লাইবক থীবশিংন শেল মাংবিগজ্র'? মাংনি থওন থওন শানব মবুকচেল ফাব ডমদবগী লাইবক থীব কোব ম্লাব মী থর নত্তন অয়াম্ব জুব্লারন লাইবক্ত শেল লোব নত্তে হায়ব থাজ্জনহুন শানৈ, মসি অরানব নত্তে।

মতম থর্দং মতা চাব ফংলগ লাইবক ফব হায়নিংদে মী ওইবনা। লাইবক ফব মানব মত চাব কয়া মী মীগী পুন্সিদা ফম্না কয়া থেংনৈ, অয়াম্ব মীন মতিক চান শিজিন্নহোব ডমদহুন পুন্সিবু অক্লম্ব পোৎলুমগুম মতম শাংন পুরিব মী কয়া শিখ্রে, কয়া লৈরি, কয়াম্ন লৈরকথিগ'ন। মত চাব ময়াম নিংথিন পল্লেং লেংহুন মক্ত শিব ডম্ব মীদন লাইবক ফব ওইগল্লি অমম্লং ওইফম থোকই।

# মীগী অন্নাব

পৈশা অমগী অনীখক্তা
কৈশাম্পাংকী পকৌড়া,
নং অমুক্ত খঙগনিদো
নহাগী ময়া খাংদবী !

নোংম, পাখং কায়গনি ;
পৃথম থম্ম লৈরগ
অমুক্তং য়েংবব্ চাহ্নন
তল্লকই মঙাদং য়োংলগ।

অঙকপনি মীগী মপিঙ্গ !
লামজব পুক্তিংমদি ইন্দন
চিন্দা খরদং ইনবিরগ
অরেম্বদ কয়া মাংইবা !

---

## মুপী অমসুং মুপা

মুপী— মুন্ন য়েংবিরকউ তামো, ননাও লৈরাংনে। শনা অহিংব কুচু নানবী লৈহাও হায়তুনে। ম'লংবন শিংপ মাইকৈদদা শাংচরিবী ঐগী ইনম থুংলত্রিব্রাও ?

নিপা— লোইন খংলে, ইনা অচৌব অরাংব এসিদা চিনবিগে ; হেক্লেগেদনা ?

সুপী— তামোদন চিনবিনব শাংচবী লৈরাং লৈহাওনে। তাইবদ লাংক্রুবীন খাংব ভমত্রে, হেকপিরগ চিনবিরো নাপদা লৈংাং কমনত্রিকাও।

নিপা— (মপুং বং বং লাওবদুন বাক হেক্কুন মনম নম্মগ) বাক! সুংশিগ্রেদ'! নংনিহৈ ঐন নহাক মখৈ লৈকোদ মশীং নাই-দন খিরকইব লৈরাংদি।

সুপী— (কেথরদুন) হে— হে, পংহায় হায়জল্লি— মতাংনি কৈন্ন।

(থা ১ গী মতুংদা)

নিপা— লৈহাও নংবু নাদ চিন চিন্দুন চংপদা ঐগী য়েং থংব নাসে হকচীক লাংব ফংদ্রে হায়। ফুরিংথাওদ হাপ্পুন পুবিয়ুম্বা, মোন মথাদ থম্বিয়ুরা?

সুপী— ওই থংব নাদ চিনবিয়ু কৈদৌবগে তামো।

নিপা— নিপান হায়বদা সুপীন নিডাই তৌব সুপীগী ধর্ম্মরা? "সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরনং ব্রজ।" গীতাগী হানি থত্রা। সুপী নথোইদি ধর্ম্ম পূম্নমক থাদোক্কুন নিপান হায়-বদা ইন্দুন মাগী থোডগুম্ন লৈরগ অরান খুভম ফংগদবনি। ঐভোন্দ চংদুন নং লৈগদোবনি, নরম্মাই ওইন নং লৈত্রে থংউ।

সুপী— অতুদি তামো, চথোক্লগ ফুরিংথাওদা হাপ্পিয়ু, য়ুমদ হন-বিরক্লগ মোন মথাদ থম্বিয়ু।

নিপা— হো অদুনিদনা, সতী, পতিব্রতা ·· ·· ।

(নোংম লম্বীদ কেতুকী উমরে)

নিপা— তবোপ তবোপ চাও শাংলকুন কক্তরেদা ইবেম্মা মংদে। শকম্নু থংবগুম তৌই, করি মিং কৌবগে? কনাগী হিদোম্না হুজিক শাংপিরি?

কেতুকী— লমলক্তা শাংচবী কেতুকীনি। হংবিকুন কাম্নবোই কোইন পাইব থোইগুম্ব; নমাওদি কৌউপু শংবম্নু পামজদে, মোনগী মাম্নু ফাজনিংদে, শনা থৈবেদনা ফমকুন সীনেমাগী পাথং ওকচগে।

লৈহাও— ( ফুরিংথাওদগী লোম্ন ) তামো, শাবিরিব ম্নারীকু কনাগনো?

নিপা— তুমিন লৈম্নদহৈ ম্নাওজগনবী। মনান মনা শিংইব। মরুপ মপাংগী করি হায়েগা ম্নারী শাবকাও ম্নাজ্রাও? ( লৈহাও ফুরিংথাওদ ওমচাকুন থুইথকুন তুমখ্রে ) ইবেম্মা কেতুকী, ইবুং সীনেমা য়েংউবনি। থৈদেন কুমদো কম্না ম্নাংলি?

কেতুকী— ডা লৈদোবদা ডাইজরে।

নিপা— ইবুং লৈবিগে চংসি লাকও।

( ডা লৈরগ চংমিম্নখ্রে )

মতৌ অম্নুম্না নিপা অসিন হেকপ চিনব লৈসি পরেংবু ফারনি। লৈহাওদি ওমচাকুব তোইমম্নুন লৈমন চম্নম্নক্লে, মোন মথাদগী হেন্দ্রে, মপান থোক্লে। মশম থরগী মতুংদা হকচিক লাংমনবদগী হায়গত্রা লৈনম্ন হাবদগী হায়গত্রা নিপাসি হকচাং ইরে, কম্ন নারে, মুমদা চাকইল্লে। শোম্নি

শোল্লি লৈহাওন সেন' ভৌজে। শিরমদাই য়োশিল্লক্লহুন নিংভমথোক্লগ লৈহাও কৌহুন পাওমেল্লি।

নিপা— পেম্মা, নং ঐবু শাওহুকো। (মনপ শুং চিংংলি

লৈহাও— হায়হৈদে করি মানো ইবুংভ। ঐগীদি ভামোন পেল্লগ লোইরে— ঐগী করিমত থনবিক্লমু— ( মম্মিংতু মপিন চামথোক্লে )।

নিপা— মতু লাল্লে ইবেম্মা, মাজরবী। ঐ শিরগ— স্রাদ্ধদি সিঙ্কা অমন লোইহল্লু। অহুদগী নবুক চাব থোইভাং থভদে থোইবীনিংথো থভদে অম থল্লু। মতুভদা পুকচেল্ল শিক্লব নিপা ঐন পেনব ওইজগনি। নহাল মথৈ ঐন ভৌরম্ম ভাংশিংদো থাজক্লমু অপভবী।

লৈ— করিনো করিনো, হৌখ্রব মাগী করিমতা থোইশাওবিক্লমু। ঐগী মাথগ্ল করিমত থনবিক্লমু মুপী ওইব ঐথোইদি মপু-রোইবনা পেল্লগ পেম্নকম থোকই, মতুতা ভাম্নরিবনি।

নিপা— মতু নত্তে মুপী। শিরমদাইদা ফাও পুকচেল্ল পিকপ নিপাগী মথৌ নত্তে। নংন ঐন হিংলিভৈদ অহুক মাজরব মক্তুদা ঐ শিখ্রগম্ম মাহৌরবদি ঐ লানব ভম্মরোই। মুপীন কা হেম্ন নিপা ওক্তবগীদমক অয়াব থাংকম থোক্তে। নিপা মুপী চপ মাপ্পব ফিভমদ লৈনবন অচুম্ব পথাপ্লি। ঐন শি-ত্রিভৈদা ঐন হায়ব ইন্দুন ঐ হেক শিবগ নয়ুম পানগনি অমুক্ত হায়ু ইবেম্মা, অরাবদ থাংজরবী।

পী— ( হীক হীক কপ্প, মা ভাংদব )

নিপা — ( লোক খুঃ য়ান — ) বিদায়গী মতম ওইশিল্লক্লে, লৈ· হাও । চংশিল্লকউ, নাকোংদা লোল্ল অমুক্তদি হায়রে লাও — "ত'মো লৈত্রগ ঐ কপ্পুন ভাক লৈজরোই, নহাগী হৌনবী নোক্তুনগু মতম লেনগনি।"

( লোক য়াম্থহুন খুব )

ঙুপী— ( হায়ব ওমদন য়াম্থহুন কপ্প ) তামো !

( তাব ফংদন নিপাহু অহুম ফংখ্রে )

— — — —

## শনা

লিক্লোল শ'য়্যবদা উইরিদৈ
থাবন চোংবদ থংভোক্লিদৈ
ত'মোদ ঐ চেল্লকপনি
ই'থো থাংজিং থুকমহৌদব
কারন সীনেমা চংহৌদব
ননাও ঐ শাওজদে ।
শনান ওকশম লোংহন্দা
নান তংনিং তংহন্দা
থয়াই ঐগী য়ারোই ।
ননাদ শনারৈ চিল্লগ
শনাবুন নকোক্ত থোংহুন
ঈশিং অহুম মশোকথে

মনম নমদব শনান
ঈশিংগী মহাও হেন্গহন্দে
অথকপ ঐন খোইদাবি।

———

## শেনবু অমম্বুং শেন্দোনব

শেনবু— ফোং ফোং ! অম্বুক কুইন ইনাওদি করি লমদা কেবু-রুই ?

শেন্দোনবা— —ই:, অনা অয়েক অহুক কম তৌনখি তাব মণি-পুরদা তাধন্দি করিমতা তৌদন কম্ন শৈবিরম্মে মুংশিদা।

শেনবু— তাই তাই, ইয়াম্বসু তাই। ইবুঙ'খোয় ময়াম্ন ঐন থম্ন থুন ঈশ্বরগী খুয়াদা তাখিনব লাই খুরুম্বি হায়বহু তাজে। ইয়াম্ব মশিরদৌবনি, অহুদা নখোই ময়াম্না কৈদৌঙৈ শেল পাইনরক্লুন শেন্দোল কোকচগদগে হায়বসিগী নখোয়গী নারান খুরুম্বিবদা লম্নাই ওইন ইয়াম্ব নাব শংজদে, নাদহুন শিত্রিবনি। ও: ! অহুত্তৈদি ইচিম্নাও ঐখোই লম্মী লমখাংদা উম্নরগ তরাম তরাম কৌনরম্মিদকো।

শেন্দোনব— হুজিকসু কৌজ্রগদৌবদা লম্মীন ননাওবু তাধন, মত্তৈ মকুগুম থৈহুন থৈহুন চংপহুদা মুংশিমন্দহুন মতৌ তম-জম্নিবনি।

শেনবু— ইয়াম্বন ইনাওদ শেল থংজখিবদো কৌনম্নসি থংখিব নত্তেদো, ইনাওবু মুংশিহুন অমুকুং হোজরবদি হায়হুন

খিবথংনিদো। হুঙ্গিক মচুগী মচু ত্রা ইয়াম্বু শিগ্নিনব লাই খুরুম্বদা ইনাওদি শেল তানব শংত্রম্মানেনে?

শেল্লোনব— তাখন মচুগী ম্বাচুদি মীতৈ মুপীদা হংবিয়্ম। মুপী মখোইগী থবক ম্বাংতনব মীতৈরং শেংপিরিব ফীবোম্বালাবু পামত্রা নত্রগ সিঙ্ক অমসুং শামতুগী নেকটাইম্বাপাদা লৈ-গেরা—হায়রুন। মখোইন মীতৈরং ম্বাপা পাম্বদি ঐ তা-থনবু মুংশিজগে।

শেলবু— হরে হরে! হৌনবী ওইরেকো।

———

## মচা তম্বিব

ক— তনবগ মচাগ কনান মুংশি?

খ— মতম নাইন তনস্থ ভাই, ইচাবু মুংশিব কাইন করিগী তম্বুদগে?

ক— নচাবু করম্ম তম্বি অমসুং তমহল্লি?

খ— খ্বাইন কাহল্লিব স্কুলদা কাহল্লি, প্রাইভেটসু মতা য়েংহুন থম্বি। অপং অপংবস ঐস্থ তম্বি।

ক— স্কুলদা কাহনবি অদিন ময়ামগী চাং অম মাম্নব মিলি-টারীগী ইউনিফোর্ম নে। ময়ামগী অমসুং লৈবাক্তী মরু ওইন থুদোং চানবনি। প্রাইভেট থম্নরিব অয়াম্বসু স্কুলগী শোখ্রব য়েনখংনব নত্রগ মাং থানব ওইন্ন জোই। অপং-অপংবদ

তম্মি তাকপি হায়রিব অতুম্ব স্কুলগী লম্বীদ অতুম তম্বিব ওইরবদি থোইদোক্ব কাম্নব মহৈ ফংবিরোই।

খ— ময়ামগ মাম্নহন্নবদি লম্নাই ওইন করি করি তম্বিগদগে ?

ক— লম্নাই ওইন মপা মমা ঐথোইন ওইহল্লিংব মওং অম লৈরৈ, ইচা ইচাহুগী পামজব পক্লব মওং অমম্ব লৈরি। ময়ামগী ওইব অসিন ভাক্ক পেন্দবশিংন মমা মপা ওইরিব ঐথোইন্ন পাম্ব নত্রগ ইচা ইচান পামজব পক্লব অতু তানব থৌওইন হৈরগ মমা মপান, হৈত্রগ অনেকপ ওঝান তম্বিহনগনি। চাওরগ মবুক থনব য়াদনব মহৈ তমহল্লিংব কাংবুন মচাবু ময়াম্ন করক করক ইন্নরিব বাবু কেরানী ওইনব লম্বীদা শাংন তমহনব কান্নদে। মীগ থবক্ত য়েংনবদা মীন য়াম্ন হেন্ন লৈরব লম্বী অসি থাদোক্লুন অত্তোম্ন পুক থন্নব লম্বীদা হোংহোব হৈ। হৈ, হুই, হৌদোং ফাও মচাবু মহৈ তম্মি। মচা মচাবু শা ঙা উচেক য়াম্না কাহুন চাব ভন্নব মপা মপু হাক্তুক্তগী মথং মথংতম্বিনরক্লগ শারাক্লম্ব থরাই য়াম্ন য়াওন থবক শিংন তম্বিনৈ। মমা মপা অয়াম্বন অহৈবম্ব হৈতবন্ন, লাইরবম্ব ইনাকখুনবম্ব, মচা মচাবু শন, য়াও, হামেং শন-শেম্নবাদ শিন্নরগ থাদোকপগুম থাদোক্লৈ, মচাগী মহৈ তম্বিবগী মরীদা পুক্লিং থরাই চংনদে। মতুগী মহৈরদি মচা মচাহু শন ইরোইগুম থরদমক হৈগনি, সার্কস য়াওব শগোল য়োংগুম্ন হৈরকওই। মমা মপাম্ব মশা মশাম্ব মতম্না হেনখ্রগ নিংব কাইবে হায়ব ভাব ওম্নরকই।

হৈ হৌদোংন মীদগী হেন্ন শিংব মান্ন উবসি মুত্তাইরব

য়াকয়ি। অশং অশংবদা তম্বিব হায়ব য়াম্ন চাওথোক্লব, তম্ন-নিংথ্রব মমা মপাগী হৈনবী অসি সুংশিন্নব মচাদসু তৌব চুমদে। অহোংব ওঝান হোংন তম্বিবনদি নিংব থুংনরোই।

খ— মমা মপা ঐথোইন পাম্ব লথোগ ইচান পামজবগ চানদ্রবদি করম তৌগনি ?

ক— খনব হৈরব জ্ঞান তারব অঙাংদদি মশাগী লম্বী মশাবু খঙ-হনব ফৈ। মমা মপান চুম্না পাওজাক পিবদগী হেন্ন দগ্নি পানব মতিক চাদে। মশাগী অপাম্ব খঙনব অধিকার মী থুদিংগী লৈ, মী ওইরব মানব মীদি ওইত্রিব অঙাংগী রাদি নত্তে।

খ— রাদবু ইচা তম্বিনিংই হায়বনি, থবক্তদি তনখ্রেদা।

ক— নংন তনবগুম মী থুদিংমক অঙাং তাম্বব তন্নব ভাক্তনি। শেলগীদমক তন্দবনি অমসুং তন্দব মানবনি। ইশান ইচা সুংশিন্নবগী হৈনব তম্বিব তঙ্লবদা শেল খিত্তং পিত্তুন নেকপ ওঝা কনান চানন থোরাই য়াওন তম্বিগদগে ?

---

## অচুম্বগী মনা

ময়াম— অচুম অচুম্বদা ভাংউ,
অরানব থক তৌকদে
ধর্ম্মগী রাসু থম্মু
স্বর্গগী রাসু থল্লমু।

মশা মশান মনানি,
নশা নশাগী কাম্নবনি।

মী অম— ধর্ম্মগী স্বর্গগী মচদা
হোটেলগী থূর্মা শারেদা।
লংজা ময়াম মুভাইনব
শগ্গাও অতিংব ওইয়ুরা ?
কনান অচুম্ব ইকাই খুম্নৈ
ঙমাংদ তাৎ তৌব নত্তুনা ?

ময়াম— ঐথোইদৌন ভা'ব তারগ
মীবু খংহন্দন হুরাম্লু।
পাই পাইদন য়াশক্লগ
লুপাদ জৌনম্ব ধর্ম্মনে,
তাইবং অসিগী চ'নবিনি,
মুভাই য়াইকনব লাইরানি।

মী অম— তাম্বরকপ অচুম্ব চৎলুম্নে,
মীন লাইন নমথাকপি।
হৈনদব অরানব তৌরুরে
আইম্না লাইন ফাখ্রে।
হে মমুৎ তান হৈত্তব।
নংন নংভোইদব করিগীনো ?

ময়াম— তেংথাহন লৈবন কাম্নরোই,
ঐথোইগী মমুভাইসি পাম্নগ ;

মীগীদু নংগী ওইনব
নহৈ তম্মু লৌনম্ব,
অয়ানবন অচুম্ব মালহনব।
মী অম— অয়াব ময়ুং শাংলবদা
মুগ্নাইব অনিয়ক কেমথদো,
ঐগী পুক্কিংন থোইদাদে।
মুঙাইবগী অচৌব ইপাক্তা
অয়াবগী ইথকস্থু হৌসমু
অচুম্ব চংতুন তাওজগে।

———

# স্নু

ক— করিগী য়ু থকই?

খ— থর থর উহাক ভাওনিংহুন।

ক— শেল তিংন ভাওরগ করি কায়ে?

খ— ঐমা! মুঙাইহুন ভাউগে ভাউরিবনে। মুঙাইনব নত্রবদি শেলবু করি কায়বগে?

ক—শেলস্থু তিংদন চানন ভাউন্নিবসিদি পামত্রা?

খ— চানন কুইন ভাউরগ মুঙাইকম থংই হায়ত্রা? মুঙাইব হায়সে মপুন্স ভেনব হৌনবনে। অহোংব নাইত্রবদি মুঙাইব হৌনদবনে। শিবিমন্দহুন শরুদ মিহুন নপুুন স্নুম লৈরব অনাবদু অহনত্তু করি মুংঙাইনি? মুংশিবিরমদবদগী মুংশি-

বিরকপ, সুংশিনবদগী কাইনব, অশৌব সুংশিথ অম, ঙহাক ড. উরগ অমুক ফব, অমুক ঙাউব, চাক লায় থমব চাব, অমুক লায়— — অসিনে মুঙাইব হায়বো। থন্দুন ঙাক, লাম-তুন ঙাক, ঙাউতুন ঙাক, ঙাউদতুন ঙাক নৈরগ করিদ মুঙাইদোরিনো ?

---

## লোইনব

লফুন লেম্না মায়ব
থুবোম ভারকপ উবদ
পুক্লিং তুজুং হয়াওনৈ।
পেং পেং লাওন মুয়ব
ঙাঙ্রাব থজাই উবদ
ঙাইবং চীন তিজ্জুনৈ।
লৈরাং লৈচুম্ন নত্তেদো
হৈরাং হৈকুম্ন নত্তেদো
ঙাইবং থরাইন পেনবদি।
উনিংব পোৎন ফজববুনি
অপাম্ব মপাক্তি অথীবনি
নোক্লিংব ঙাইবং পূক্লিংদি।
লংলব লিকলীদা ঙাম্মোইবী,
লূবব মহী খোৈরাংলবগী
উবদ মিৎসি ঈংইদা।

নশক অতুক কজবন
ননাইবু করিগী চৎহল্লি
কৈরেং তুরেং লম্বীদা ?

---

## লৌন-লৈনদ্রিরৈ

অহানবদা মুম্ন য়েংনগদোব
হকচাং, ডাক্তরদা ;
পাইনগদোবনি মখোই অনীমক
কুইদ্রিব সার্টিফিকেট।
অহুদগী অহল লংন তাম্নব
লমচৎকীসু পাঙ্গিদা,
মুংশিনরবনি ঐখোইদি হায়হন
থৎ থৎ চেনগনু।
অহুম শুবদ য়েংউ মহৈ
হংউ মম্রোশিং,
হয়েং করি ওমগনি
খুদোং থীরবদা ?
মরি শুবদ মশক মশাগী
পান্ন পামদব ;
অহুদগী থল্লু মরল
মমা মপাদগী মতেং।

তরুক শুবদা হংনৌ শাগৈ জ্যাং
সমাজগী বেরা,
চৌংনি মুক্লীমনি হন্নগনু
অতৈবু ফরবদি।
ইননিংব মরোল ইবরগ
রেজিষ্টার্র তৌনৌ,
য়ারিব মথৈ শেল চংদন
তৌনৌ অহুদগী।

———

## ৩: খৌথেৎদকো

থল্লুবদা চাকখ্রেদা সত্য, হল্লক্লরোইদব মতম।
নিংশিংবদা শংশং উইদা লাইরিক তম্বদা তনবদো।
ফাদোক্লগী থারকপন ফংগদ্রা তম্ব তোকপদা মুডাইবদো
থেংব থংখ্রেদা সত্য, অল্লব থবক্তী মগুণ।
হরাপাড়ীগুম মনিং হন্দুন চৎপ য়ারবদি, চহী।
ঐন অনথিব মতাংদো, কাব ন্নাব পারাশিংদো,
খঙগনিদা শরিশো, ইপান পোকপ মচানিকো ঐ।
ঐগী ইরালহু মীভোন্দা তাইননিংইদা, কনাদ শাওসিগে?
পানথাওদগী শেঙ্গাও, শেঙ্গাওদগী মুক্তিগী হুব ফুন্নিংথাও
নথোই মন্নাম তান্নহন ঐবু হেক মাংহল্লিদকো।

ইবুংঙোথোই লাইরিক ওরাইদু,
মীরন্না তিল্লু ছাউশিন্নৌ।
ঐথোইদৌন নথোইদন পঙ্ক্রবদি
বাং, ঐথোই চহিসি য়েৌবদদি!
কল্লকই মরম ওকল্লকো।
নহা ওইরিবৈ কোইহৌ।
ভাইথো, মা হায়গে পঙগদু —
অপান্থ লৈরাংদো হেকপিগে
লৈথোং পাইদুন হায়জরগে,
লুপা পান্মে হায়ু সত্য
হুরান্দুন ওইরে পীজগে।
নথোইগী চহীঙ্গদ ওমসি
ভগ্ন তম্বরব মতমদো।

———

## তুখাংচবন চাদিং তৌফম থোক্ত্রা

অকব অচুম্ব কহায়নো হায়ব খিব রাই, কুপ্ন চাংকম্নবদি। একাগাড়ী শাব কোম্পানীগী মী থরন হেল্লাদ শাই, মী থরন রীম, মী থরন শাবল, মন্দিরা... ... ... — —। মতৌ অমুম্ব শেল তানব হৈব নিপা অমন শেলগ পংতান্ন অল্লি, চাদিং তৌবদি হৈতন্নু ঙুই; মচা মঙুন, মগুগী মগুন লাথপত্তি ওইদুনা পাল-হৌনব কাওব তুখাংথদি। মহাক্কী থাক্মা নাক্কাম চাদিং তৌবা হৈব

নিপা য়াওবক্লগ য়েৎ ওই মাং ভুং চর চর চাদিং তৌরব য়াওই। মান মান হৈনব থবক্তা তৌব হৈনদৱ থবক্তি য়ারিবমথৈ শোক্তব অসি মীপী নেশা মখল অমনি। শেল তানবন অম চাদিংন অতোপ্প নিপা অমগী শরুক— কুম্মৈ ওইনদি অহৈবন হৈনবদ ভীবসি য়েংব মুভাই।

ঐহাক হকচাং শাজেল তৌব হকচাং কব পাম্ব ছাত্র অমনি। ঐ হুজিক মলমুক কল্লে, অনা অয়েক্ ইশক উবদি হায়-রুন্নু ইমিং তাবদা মফৌ শেমহুন চেনখ্রে। হকচাং অসি ময়েং তাখিনি কিহ্নন লৈবাক তৌদে, পোং থাদে, মিৎ নানি কোক শোকনি হায়হুন লাইরিক পাদে— অহল লমন অপঙবন তাকপ ঐ পৌদে, ঐ হুজিক ওকথাক কগ্ণরে। ঐগী পাঙ্গল অসি ঐন শিজিন্নব চুমদমানে থঙ্জে, ঐগী ইথৌদি ইপাঙ্গল য়োকপনি, ইপা-ঙ্গল শিজিন্নবন কনানো অম তৌবিয়ু। ঐবু করি লান্দা চংউগে? করি পোং থাংউগে? ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্রগুম্ব শিন য়েন-থোক্কব তোক্লখিব মুভাইখিদ্রেদা।

ঐ মরম ওকপ অহল লমন্ন হায়ব ইনব ছাত্রনি। লাই-রিক কন্ন তমহুন বি, এ, পশে তৌজরে। থবক হাংইবদি ৫/৬ থক্তা, থবক হাপ্পিব্নু দরখাস্ত থারিব ঐথোই বি, এ, না ৫০/৬০ য়োম। মীকোক থোংবম্নু ভমদবনিন ঐবু থনবিরক্নি থাজদে। ঐবু করি তৌহুন চাওগে? পারা য়াম্না ফারকপ চিনফা কনব নহানি, অহল লমন্ন হায়ব ইনব মরম ওকপ অঙাংনি, ঐবু থবক অমত্তদি পিনবিয়ুবা? ঐগী ইথৌ তম্ব হৌনব লাইরিক ওথাক তমজরে, ঐবু কনামতনা থবক শিজিন্নবিররোইদ্রাও? ঐবু কৈ-

দৌদগে ? থবক পিরে, থবক শিজিন্নবগে । ঐ ভাগ ভাজবগী বি,এ, উপাধি ফংলব মী অমনে। — — ... —

মসি মেচীন যুগকী, নোংচুপ সভ্যতাগী পোথোকনি। মী অমন য়োংপী, অমন নং ( nut ), ভেলব টুব (valve tube), মন্দালা, থোংনেং, টাইর, সাবল... ... — । করম্ব মীখোই মীহেনব মীজাও শক্তিভরন তেংনব এক্কাপাড়ীগী মচাক, ঐখোই লিলিপুটকী মী মচা মচান ওইদৌরিবনো ?

মী ঐখোয়বু মী ওইব য়াররোইদ্রা ?

---

## চংপ অমসুং চেনব

চংপসু চেনবসু
উনরব ভাকনি,
তোঙ্গুন য়েংলবনি ।

কদাইদ থেবৈ
মথোই অমিসি ?
লাইরব য়াহংনি ।

য়াংব হেজবদা
চংপ চেনবগী
থেরব লৈত্রে ?

তপ্প চেনববু
হেনব য়াত্রা

যাংনা চংশন ?

চংপা মণ্ডমৰ্দন

নাবোং অনিমক

সৈতাদিব য়াওত্রা ?

খল্লু য়েংউ

তৌল্লুন য়েংউ

য়েংলগা খল্লু ।

লায়ন উরব

থওলবোই নিংলব

হিরম কয়ানো... ..

নিংথিন থওদব

তাইবং মীন

থওরদি মাল্লগা ?

---

## মীতৈ কমেদিয়ান অমগী

আর্টিষ্ট অসি মচিন মনাও ৪/৫ শুই। নহা ওইরিবৈদা মমা মপা নংই। নোং য়াম্ন থীন য়ুব য়ুম অমদা মথোই মী ৭/৮ লৈমিন্নৈ। নোংম নোংজু পান্থাদা অহিং নোং কল্লা তাহুন য়ুম অহু নোং ওরো ওরো য়ুরে। মাগী মাগী তুমফমদগী ফুক ফুক হৌগংনহুন পোমক্রী মোম্পাক হৌগক্তুন কোল্লিন্নরে। উচান মৈরা থান্দুন পোং লোইসিন্নরে। সাতীন, য়েম্পাক, বোরা

তূপ্লহুন মাগী মাগী কোন্সিন্নরব ফমুংদা মৈয়া পাইহুন ফম্নব য়াওরি মৈবা পাইহুন পোংচৈ লোইশিন্নব ইমুংদা থৈদেনগুম কোইচ চংতুন কোইডাং ডাংনবস্নু য়াওরি। কমেদিয়ান অসিদি তূপ্সুবদগী তম্ন হৌগত্তুন ফমুং কাবক কাবক কোন্সিল্লগ মথক্তা কুন্দুন ফম্মি মাগ হেক থংনবদা মপাগী হিদাম্নি। মপাস্নু ছাত্তিন অমগ মৈর অমগ পাইহুন পোংয়াম পৈরব ফমুং মথক্তা ফম্মি। অতৈন মৈর পাইহুন থৈদেন্দা চংশগুম চংনরি হঙ্গং হন্দা। থর অহল ওই মমা মপাদি অনংব ফিভম অহুগী চিন্তা তৌনরি মমাই মকশিন্না ফাগি পুব ওইন ফাওরক্লদোরিব কমেদিয়ান অসিন থৈদন মাল্লব নোং যুব ইমংদা মৈরা পাইহুন কম্নিব মপাদ হায় "মক মনা য়াওবিবিরা?" ইমুং হুপ্ল নোক্তুন য়ুম নোং য়ুবগী অরাব মুডাইতব অহু ভঙাক কাওনথি হায়নৈ।

মুডাইতবদ হায়নরিবনি নোং য়ুব য়ুমদা লৈব, মীগী রক ভঙাক লৈতন থোরব তোনব, খুজিন্দ তুম চংব, ইমুংদ লীন চংব। অহুক মুডাইত্রব পুক্লিং মুংশিনরব তূপ্ন কাইবগী ভাইনফম লৈতন শাওনিংলব মতম অহুদা আর্টিষ্ট অসিদি অরা অনংগী দশা অহু উদন মুডাইরব নোক্লিংলব দৃশ্য উব কংহুন মপাবু হুকান্দারগী মতৌ মাল্লে হায়হুন নক মনাং য়াওরিব্রা হংথি। মসিনি আর্টিষ্ট শিংগী মীচম্ন লৈব ফংদব স্বর্গগী য়ুমহু। মীন নোক্লব মফমদ কপ্ল য়াওই, রানব মতমদা কপ্লব কালদা নোক্তুন লৈথোকই। মীচমগ আর্টিষ্টকা মম্নিং থেম্নব অসিনি। অরাব মুডাইব হায়বসি ফিভম ভাক পুদে, মী মীহুগী রাথলনা মিংয়েংন মীহুবু নোকহনবনি, কপহনবনি।

---

# নুংশি থৌরেম

মতমদা থবক্তা লন্দা পোত্তা
কয়া কয়ানো অরেম্ব চাদিং
তাইবং মীন নুংশিবগী মমিংদা
মাংগল্লিব অরেম্বদা পোন্দিং !
অনৌব অমসুং অনৌবীনি কুইদ্রিব
লৈহরে তোঙান্ন য়াওংশংদা মথোইনিদ
নুংশিব হৈখ্রবী মতমগী নুপীনি
বাঙাংদ বাতাদা মিত্তুদা নাতাদা,
মান কেবদা মান নোথবদা
বাহৈ বাতা কয়' হৈজদব
থম্বগুম্ব পংতক শুতকপ পাথংদি
পাওখুম হৈতহুন ওইদ চাই ।
নোংম খম্বন চাক লাম্বন
চথোম চাওরপ্প মী উহন্দন
কিং কিং নমহুন নুংশা থিংন
চানিংসব মতমদনি নিঙোল মরান ।
মথোদি লৈত্রবী ভাংবদ তন্দ্রবী
কেশিনবদন মথো শাবী থোইবীন
থেক থেক হংশিন্দুন অনৌবীন
লিক্লে কোমে পূম্নং লং

মশম মনান রাই রাই
ফমলুরে অফাওবী চাক মনাক্ত।
"মসি হাওত্র'ও মতুন কমদৌই ?
ডা লৌররকথোরা করি হাপথোগে ?
হাওত্রবা হায়মি থুম নমত্রাও ?
চাক থক্তিক্তুং হাপচথো হায়ত্রাও ?
হাব য়াত্রবাও কমদোগে হায়বা ?"
থম্বন "হাওই, লোইন হাওই।"
ইকাই থীব অতুম্বু নৌরিবনি হায়তুন
মহোশাগী চথোমগী মশুং মশুংদা
অনাবন চাবগুম তংতুন লৈরে।
খোইবীন "হাওত্রাও, হাব য়াত্রবাও ?
করম্বন কয়াম হাওগে হায়মি ?
কমদোন হাওগে হায়্ হায়বা ?"
থম্বতু মশান থর পংজবগ
হংমল্লব অতুদদি খুমকম থংত্রতুন
শাওম্বু শাওনিং খুমদি খুমনিং
অম্বুম হায়ন হাওই হায়তুন,
চথোম অশেংবদো তিংথত্তুন নম্মে,
থায়াৎ অরাওবদা কিং কিং হাল্লে
অতুতদা খোইবীতু নোক্তুন ভোকথি।

---

## লুখমদা হাক্কজরগ কলাপ্ত লোৎপ

তোম্ব— ভায়া, য়েঙ্গ্লাংশি করিন মহাওরে ?

…ওব— ভায়া, কবো চাগৌ মনম মুংশিখ্রবহু নপ নপ লাওন ফজন থোংলগ হাও পুৃথম পাকখ্রব অমদা থিদোক্লগ শাই-রোং মরুমুক চাওন মতুম মতুম ফজন তারগ থম্মব। অহুদগী রাশ হুই হুই ল'ওবহু অম খাংহুন নিং থন হিদোক্লগ রাশ মত্তোন্দুদা চাহৌগী শাইরোং মরুহু হাপ্লগ হুই হুই লাওন লংবদি ওম্থোক্ল শ'ন্ন চৎখ্রে ভায়া।

————

## চৈরাওব

চেরাওবদ চহি হাপপ্রাও ?

ককথৎপনে, কনান হাপ্লিদগে। হাপকৎলিবদি চাকথাওদ য়েঙ্গ্লাং মথেল, পুব রারগ থুন পোথানব তোর্ব্বান্দ।

চহি করম্ম ককইবা ?

হাকুমদৈ কুমসি ফাওবসি মাংলব নত্রাও ? করি করি পাংথোকহৌরবগে ? অমুক হনাথিসি য়াগত্রাও ? চেং কিলো ৫০, চা কপ ১১০০, বিড়ি ৭৩০০ ইচিন্দ তুমখ্রবনে, রারেম থর …াংবগী।

য়াওশংগী চানথিব চাকুন পেলহৌদহুন চৈরাওবগী য়েঙ্গ্লাংদ পুন্সি লৌশিল্লিব্রাও ?

ময়াম তিন্নবগী পঙথমিন্নতুন অমাম্ব মাংহনগদবগী চানব চাক্কি য়াওশংগী শেলনেম্ন থর ই'ন্সনবগ। ময়ুম ময়ুমদদি পঙনদে, হেক্তুং মথেগ পংথোন থোন্নদে। চৈরাওবদ য়াম্মিব মথেলছদি য়ুমগী অমোং অকায়, লৈকাং ফুংগাং শেংদোকপগী অরামননি নহারোলগী। থবক য়াওদব অহল লমন, নহা বাবুম্ব মথেল চাবদি যাওরিব করিগীনো?

মথোয়তুদি য়াম্ন পীক্তরোইদবনি। শেলদি মথোয়ন পু-থোকপনিন পীক্ত্রদবদি কদায় য়াদগে।

চাব হায়বসি চাকথাওগী মতিক য়েংতুন চাগদবনি, শেঙ্গাওগী মতিক্ক শায়গদব নত্তে। মথেল অহেনবতু হাপ্লোই হায়ব য়াত্রগ ফু'রিংথাওদ হাপচিনবিথো, মচিন্দদি ইন্নুরন্নু। চাবগী বাদব নহান হায়বদ অহলন লম হেন্নবদি নারগ নরম্মাই হায়তুন ফক্লাংদ নোটিশ থেংলু।

চৈরাওবদ চীং কান্নরিব করিগীনো? লৈবাক্কি অতোংবগ পুক্ক কজ্মংপগ চাংদম্নব চৎপনি।

অচৌংবুদি কানহল্লগ চৈরাও চীংদ অহলশিংদি করিগী কাদে?

লাংগদব অভাংমথৈ চীংদ তানথংথ্রগ কয়া রাংদব ফমুংদ অহলমথৈন কারগ ভূগ মুংঙাইনবনি।

চৈরাওব মুমিত্ত কোনথোংদ চাক মাংনব থানম্নিব করিগীনো? মচা মশুন হৈনৌ শিংজু লাতোন অম চাব ফাওবদি নাহর্নাবিদনব লাইদ চীরোন তৌবনি।

কন্দ্ন লাই অপণ্ডবন য়াবিদগে? লাই অপণ্ডব থর লোই-দ মী ৱাই শংদে। মী ওইন পান্নব লাই থর শাদব য়াদে।

## কালেম্বা

মুংশাসি কনখৎলকপদ পোইম্নু ৱাকচীংদ ভারেন ওইন শলগৌব শেলাওহু মহী চেন্দুন হকচীক লাংব থোরকই। মফম মদ লাই হরাওনরকই। মাইব মাইবী, মাইক বেন্দ, লিক ল, ফনেক ইন্নফি, ৱাইগেরা পূগেব, অরৈ লৈত থিব য়াদে, গদব থৱাইনি, লৈবাক্তি ভগোই ঢাওখৎহন্সে, বসন্ত সেবানে।

অভাং: অহল লমন্ন লাই হরাউবসি থিংবিগেদি হান্ন-থোগৎনবিবিবসিবু করিগীনো?

অহল: হরাউব য়াওববুদি য়েংলগ নিংশিংবন হেন্ন ভাই ইশুশা।

অভাং: ইকাইত্রনে ইপু?

অহল:— ইকাইব শংদনব হরাওব য়াওশিন্নো। য়াও-ভৈদ য়েংব মুংভাইত্তবনে। লাইগী নামাদ, ইপা ইপুগী থুহং নবদ করিগী অচোপ অরেমগী ৱাখলনো? সীনেমাদ মমি হরাউব ংবদি কৈদোন ইকাইদে?

তুম্খংপ শেল, য়োকচব হকচাং কালেন্দা চাদিং তৌই। কালেনসিবু তুম্খংপ হৈত্রাও? লৈচীন নোংফাই তুম্খংলগ লৈ-ইদ হৈথবিদোরিব মনা মশীং মরূ মরাংহুদি?

বিজ্ঞান্ন হায় করিগুম পোং অমত্ত লেম্ন মাংদে, মশক

ওস্তোকখিবদি য়াই। ইম্ফাললগী নৈরক খুল্লক্তা থোক্লব লৈথোমহ মিউনিসিপালিটিগী মুংন মাংহনখ্রে। কাংগী খুবাক ইশৈ পালা অমসুং তুং ইনবশিংন লম্বী ফম্বুম কিনরম্বহু কদায়দ মাংখ্রে ?

মাংদেনা, অঙাং অঙাওবশিংন লম্বীদৈ মুংন থারক্তরা হায়হুন কিনরিবসিনি ?

মমাংদৈদে কাং চাওর চাওরব চিংনরম্মি, হুজিক্ত মিঠাই অউম্বগুম সুম সুম তুমশিল্লকইব করিগীনো ?

মতম্ম উম্বদ কাঙগী অথুম্ব রসতু ময়েং তারকপনে। কাঙগী বালভূক, ইশৈ, খেচরী, খুবাক জগোই পাম্ব মীশিং হম্বরক্লে, মতম তেনশিল্লে, পৃথিবী পিকশিল্লে।

---

## করিনো করিনো, খওদে মওলনে হায়নে

১। মতম কুইরব চৎনবী, চিংথোংক্লগ লাংত্রেং,
পরীক্ষা মুংথংন দাংলাং, য়িথোক্লে য়াওশং
অহল লম্মন মনাকোংদ, কেকরেক মো—মো—
য়াঙেল শম্বা শিয়াও শিয়াও, ছাত্র ছাত্রী তোকপ কাম্ব।
অহনগী মনা নহান নৈ তরক্ত লরক্ত।
করিনো করিনো, খওদে,
মওলনে—হায়নে !

২। য়েম্নীং হুল্লে উ হংমুব, নানো চিল্লে হন্নুবী,
অহুইঙ্গ রারী নিংশিংন থিক থিক নোক্লরবদা ;

করিগী অয়া মাইথোংনো নহা নখোয়নবো ?
য়েন্নীং থাদ পোক্লৌ হূনবৈ হিদাক থিরি হায়বা
অহল লাইনা নহাদ পক, মমি কনাই শাপ্ল ?
করিনো করিনো, খডদে
মঙলনে—হায়নে ।

৩ । মহাদেবন শেখিথি, জগোই মাগুব ওইনব
রস কয়ান থল্লব শাম্নৈ জগোই রাস
শক্তৈ ইশৈ মথল মথল লাইনিং লখী চিংহূন
কুম্মৈ কিহোং হরাও তয়াম লাইমিংদ ডাক্তুন
রাবন কংস জরাসন্ধে কুম্মৈন শিল্লক্লে হুজিক্তি
করিনো করিনো, খডদে,
মঙলনে—হায়নে ,

৪ । ইশৈ জগোই লাই য়েকপদ উদব য়াওদ্রে
মারীচগী মায়া ডাক্ত, সীতা হূন—লৌশিং
লুপাদ ফংনব কলা, রাবনগী মিত্রং
স্নমাং মাগুব, ছৈজ ক্লৌন. নিকুমভিলা যজ্ঞদা
পীদোরিব্রা পূর্নাহুতি ভাইবংগী মিয়েন্না ?
করিনো করিনো, খডদে
মঙলনে—হায়নে ।

৫ । মীয়ায় ফনব মীয়ায়, ডাকই নৈবাক কয়া ;
মীগ মীগ মায়বনি খুদোং-থোদা—রায়েন,
থেম্বব নৈরোই মচারক্ত মমামত্তন পোকপনি ।

কনান জীপ্ত ফিয়েত্ত নাইলোন—শয়েং—দগাশ
লথান চন্না নামচ'—কুংলব মিংল লৈখাদ য়েং
করিনো করিনো, থণ্ডদে
মণ্ডলনে—হারনে

৬। "তাইবংগী লন পূন্নমক, মান্নন য়েল্লগে
অন্না মুংতাই মান্নন তেম, কৈনো ন য়েল্লগে ... ... ..."
হৌন লাওহুন চংলিব লাইন শেম্ব লাইমীশা!
তঞ্জাহুন তন্দরবন্না পান্ন পীবিব পাঙ্গন্না?
নখোয় হুজিক করিদি চাবি নবুক্তি থল্লিকে?
কারিনো করিনো, থণ্ডদে
মণ্ডলনে—হারনে

৭। লেংবিরক্লে কাংলেন লৈমা কব্রং ফিগেনবী
চাদসন চখোমঙ্গাও উদসন মিংলাওবী
তীল্লাইখোম্বী শাদোংলকপী হুমাই খুংপায়নবী
তীন কাড, মা তুংমিং হয়িংগী ফোজম্ম ইল্লক্লে
লাইনা কয়া শন্দোক মহীক থাবে মাইকৈ শিল্ল
করম্নো করম্নে', থণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হান্নে

৮। তাইবং পাখো শিংজং মুংথং শমজী থান্নন চেন্ন
লোংনৈ, ঈশিং-থি থরো থম্বালরক্ত
কোক্ত কড মখোভদ লৈনাড ঐদি ইকাইবিদা
লাজোন থন্ন হৈনো শিংমুন হৈক্রক ওকপ নহা

কালেন লৈমৈ চাম্নখোইব নংদি কিদখোইকো
করিনো করিনো, খঙদে
মঙলনে—হারনে !

৯। তু-খোঙ খ্রক খ্রক কংলে শারেদ মুংশাসে
থৈখোং হৈনৌ লোইন মুল্লে পেংলে অরাথবী
ঈথৌ লাংলে কালেন লৈম লাওরেদ লৈকরক
পাম্মু মুংশি মপাউ পিয়ু ইবুং তিংগোংকাংগোং
লাক্লরোইত্রা কুমসিগী কুমনৌ শাবী মাঞ্জ মাবো ?
করিনো করিনো, খঙদে
মঙলনে—হারনে !

১০। ওসি লুহোংব মুমিংনি, লাক্লে বর অতিয়া
মালেম কন্যাগী মপামদ, জম জম ত্রাংত্রাং !
ভংপ লৈতন হৈথরে মাঞ্জ মুংশি ঈরি
তু-খোং পাং-কোম লম্বী লমহাং ঈনৌন ইরং লং
থোগংলব মালেম লৌবুক থোরাই মমি তম্নে,
কারনো করিনো, খঙদে,
মঙলনে—হারনে !

১১। কনানো কল্লীব ওসি নয়ুম নোং য়ুবৈরা ?
শীঙ থুম চেংবুম নোংন চোংলে য়েঞ্জং করিনো
অঙাংম্ম নারে অয়ো ইমা ! শেল লৈতে করম্নো !
হৈমা কৈনো লম্বীদৈসে ফন ফন চোংলি গপ গপ
খোংবালৈদরা উকাবীসে মঙকম্মু নেকটাই !
করিনো করিনো, খঙদে,
মঙলনে—হারনে !

১২। কনাগী অগোই শাবীনোনে ইঙ্গিংবদা কেরেদা
কনেক মপান নাইব শেৎ লৈথোম লৈনাং'রক্ত
নাইলোন কুরিৎ থবাক্ত লিৎ মোরে তুঙ্গোম ওইদ
খুনথরে হায় মথুৎ য়েংনা লৈনাংদগী উকাবিদো
করি অফিচৈ লৈথোকপ চোংদনে নেকটাইসে!
করিনো করিনো, থণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হারনে!

১৩। মুংশি ঈথৌ লাংবী মাশেম থকপৈ পেন্দবীবু
মনীং থুংহনগে খল্লব মরল লৈব মাঞ্জ
নোংজু মুংশা পামরীব নোংদোন নিংথৌ অতিয়া—
হৈথবিরে প্রেমগী ঈরা রারা রার জম জম
কায়রে তু-খোং ইরিল ইম্ফাল মুংশি ঈরাওথোম
করিনো করিনো, খণ্ডনে,
মণ্ডলনে—হারনে!

১৪। লৌ ফৌ লম্থুম, পোংচৈ লোইন মাংলে করম্মো
হাইমা হৈমা চেংন চেং তাক—য়েঞ্জাং নাপীমু শি
করিবু চা হিংলগবা ঈচাওন কংলগ
অওম অথোগী মদংসু তংথি লম্নাই তাহৌ—
মসিরা অপাম মুংশিবো হে! মাশেম অতিয়া?
করিনো করিনো, খণ্ডনে,
মণ্ডলনে—হারনে!

১৫। কদায়দনো চংলিবদুবো ঈশিং চাওব য়েংব্রা?
যুমগী থবক শুক যাম্বসি লংথোক থনম্মগা

কবি য়েংব চংশিবনো ইকাই হঙ্গোইরা মীগী
ফদি করা থুম্মোক তাইরুক উহন্নি'দব পোংচৈ
উনিংব সুপী সুপাও করিদ সুডাইব
কবিনো করিনো, খণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হারনে !

১৬। হয়েং মতম্বু ফরগ কেনা নাম্ন লাকচগে,
লৈজব শেংলক ইন্নক্কে পেন্নব য়েংবিয়ো ;
অণ্ডকপনীকো তাইবংমী অথীবদৈ ফজবা
ফজবদৈ অথীবদ খল্লগ য়েংনিংবা !
উহন্নীংবদ য়েংবিদ লোংচবদ ময়েংনীং !
করিনো করিনো, খণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হারনে !

১৭। জৈ জগবন্ধু জৈজৈজৈ ইতা তারুদ্রেদা
তাইবং মকপ নংগী খোল্লাও গোংগোং ধুম্ব-মুমুং
জগবন্ধু কদোমদ কংসৈ ঈচাওদি লাক
তাওরগে ডাইরি মাপী কাণ্ড কুমসি রথ যাত্রা
তাইবংনা কিনব লাইজাও কিবিদে ঈচাওদি
করিনো করিনো, খণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হারনে !

১৮। চোংদরে জৈদেব পেন্নব চাদরে খেচবী
প্রলয় পয়োধিজলে থেঙ্গুদি কদায়নো
জয় জগদীশ হরে তাদে খুবাক ঈশৈ
য়ৈথোক্লবদি ফনিদা য়াওশংগী মতৌগুম

ভগবন্ধুন য়াদরা ঈচাওনবু শাওদরা

করিনো করিনো, খণ্ডদে,

মণ্ডলনে—হারনে !

১৯। অরা অনা মৌগী সুম-সুম হেঙ্গংলকইবসি
ওক্তুহৃমা মওইরিত্রা তাইবং মী ঐখোয়না
নত্রগ হরাও তয়াম য়াওশং কাও কুম্মে ফিরোং
কল্লক য়েংথি য়াওত্রা নোংথক্কী লাইমুন
হোমরদি শাথি গ্রীককি লাই ওক্তব কয়া য়াওথি।

করিনো করিনো, খণ্ডদে,

মণ্ডলনে—হারনে !

২০। ফোস্টস্ন থরাই য়োনথিবগুম মেফিস্টোফেলিস্ট
মখোয় থরা মুংঙাইরগে য়োনবরা ঐখোয়বো !
কনানবু লৈরিদগে ঐখোয় থরাইশিংদো ?
য়োকপিররো হে মহাজন লৌবিরো হকচাংসু
থরাই হকচাং তোঙান তোঙান হিংবসে পামজদে !

করিনো করিনো, খণ্ডদে,

মণ্ডলনে—হারনে !

২১। মীচম ঐখোয় ইরাল নত্তে চানবিহৈব লাইয়াম
ননাই 'খোয়বু লাইয়াম লাৎপ মী ভাক্তি
রাধা কৃষ্ণ শিবদূর্গা গনেশ কার্ত্তিক
ব্রহ্মা বিষ্ণু নারান শনি উমং লাই কয়ানি
সনামহী লীন পাখণ্ডব লাৎচৈ মুমিৎ থা ফাও

কবিনো করিনো, খণ্ডদে,

মণ্ডলনে—হারনে !

২২। চহিদ কৎলিব খুদোন পাবিয়ু অমুক্ত
চৈরাওবৈ তম্ম য়েঙ্গাং মথেল কাও খ্রেচৌ হৈরুক
ঝুম্লোন ইশৈ ঈশিং পেরে জগোই রাস বাসক
গৌর লীলা সনশেনবও ক্ষীর ফোলা গঙ্গা
তর্পোন উৎসব পঞ্চমী তম্ম লাইশং খুজিং সিদ্ধা
করিনো করিনো, থওদে,
মওলনে—হারনে।

২৩। লাই কোটী কুম্ভাহুমদোই উমং চহুম হুক্ষু
ভাইবং ভাকপ অরা অনা ভম্বিরোই হায়রগ
ময়েক শেংন হায়দোকপিরো ফুম্বংনবিরম্‌
থোঙা কয়া কৎচররোই ইপাদ্বেম্‌ লাংচরগে
নিপা মুপী থোক্না পানগে, চৌরোল তৌব তম্মে,
করিনো করিনো, থওদে,
মওলনে—হারনে।

২৪। লমজা কয়ান কৎখিব লাইর খুদোন পোৎশিং
লুখ্রাবী মপী লৈতব লাইগী পূজা সিদ্ধা
নিংজব থুংনব কৎথি নাবালিকা খুদোল
মথোয়ছদি হনবিয়ু থাজব হাৎপিম্‌
মাংজসম্‌ অহলগীদি থোরোই মরাচারি
করিনো করিনো, থওদে,
মওলনে—হারনে।

২৫। লাকসম্‌ য়েক্রবৈ লাম্মী পাগে লাম্বা লাম্বা
থোকসন্থ লাইনা কয়াম্থ অপওথৈ শিনব

শিসমু মী কয়া শা লান্দ াব ওরুনব
চাং নাইহনবিয়ু কুমগী নোং চাক্তদি তাংদনব
মচু ফাওদং ডগ্দ্রবদি কানান কোর্ট লাইগ মীগ
করিনো করিনো, খণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হারনে!

২৬। মিংত উরিব হিংচাব কক্র শোব রাবন
মরৌ চাওব মায়াবী ভাক্ত মাইকৈ খুদিঙ উরি
মী চাগে শাইগেদা হায়রে য়েংও, অসে, য়েংও
করম কল্লি করম কল্লি হিংচাবৈ খুত্তগী
নফি শেম্মো লৈবাক মচা'শা পূল্ল হেক্ত শিসে!
করিনো করিনো, খণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হারনে!

১৭। কোক্ত ভাওহুন উরিব্রা মিংন ফক্তহুনবা
ময়ামস্থ 'মুক্তা যেংবিয়ু শৈরিযে হিংচাব
তূমিন্ন ভহাক তূম্নগ ফগদ্রা ঐবো
নিদ্রা দেবী হুম তৌবিয়ো তূমজগে ভহাক্ত
হুম হুম তূস্মা তূস্মা "মেৎশে হিংচা বনা!"
করিনো করিনো, খণ্ডদে,
মণ্ডলনে—হারনে!

(Broadcast on 2. 9. 65)

---

# য়াওখ্রে মতমগী খোঙজেল

( নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিন তাং ১০ . ৭ । ৬৬ ইংদ তঙবদ পানব ইথিল।)

( ১ )

করিনো মিংশেল নংন উংলিব ঐগী শকসে,
চুম্লিরনে সুক থুন অহল ওইরক্লিবা ?
ডরাংদ ডাইবোই নিংই লাইরিক তম্ব লোকপ,
ও ইপু, উঝা হনুব— পামজদেদা মিংগী !
করিনো ইবেম্মা কোক্কো, অচুক ডম্ব পোক ডাক,
চৈঙদ শোইতুন থ্বাং কোক্লিবদি কৈদোরে ?
থডদে চোংদবনরা তাদৈ য়াশোই অম ফাওব।
য়াওখ্রে মতমগী খোঙথাং, তুম্মিডৈ চেল্লব
তেক, তেক, তেক, সেপ্লে, সেকেণ্ড হুফু্ন মিনিট অম
চরা অনীন নোংম, থবক্তি করি পাংহোই ?

( ২ )

কৈনো থোরিব সাইকলদো মন্দিলাম্ব থিংদে,
মীদি অহুম পুন্ন তোংই, য়াডন খোরেদকো ?
তক্লরনি অহল লমন, য়েংও মুপী অঙাং
অক্লে তক্লে অঙাং অম, ব্রেস্ক্ যাওদবোইরে।

হয় য়েংদন চৎখ্রে, অমুক থোৎখ্রে গাড়ী,
মালং কোইব অহুমসে থা তায় পাইখ্রে।
হায়! থাদ নত্তে হোটেলদ, চাথরে থকথরে।
করি করি পোৎনো থওদে, মথেল য়ামখ্রেদা,
চানিঙ থকনিংবৈ খোঙচৎসু অাঙলেনা নহা!
তেক, তেক, তেক, লেপ্তে— চারগে থক্লগে
অয়ুক্ত 'মুক মুংদাংদ 'মুক যুথক অনৌন নোংম।

( ৩ )

য়াঙন পাম্বিদা শেলমক্তি করম্ব অহলনো,
চহি লিশীং কয়া চানব ভাল্লিব শেলনো,
নচা নশু তম্নবরা পৈদৌরিব পুককৈ?
অমুক য়েম্হোকপ রানব পৈশিরমুসিবঃ!
ফজ্জথংলিদকো নহা নোংম নোংমৈ হেঙ্গং
থর তপথৌ খোঙচং অহু য়াঙন কেমল্লেনে,
ইহে নখোয়বু করিনো হমুনিংলব্রাও?
অহুক ফজ্জব শকফমহু হরাও হরাও মৈহুংদ!
করিগী খোঙজেলনো মতম থাম্ব য়াদবসে?
ইহে! থদংলে লম্বৌদৈ পোমজ্জরিব শিংডেল!

( ৪ )

শাগৎলেদা দলাল য়াঙন, চাওথংলে লম্বী খোঙ,
লোৌরাই ইম্ফাল, মকম খুদিং য়াংন থোরে বোবো,

ভরাংদ শংন লৈরম্ব মীস্থ ভসি মুল্লে,
অভকপ ম্লুংশাগী পাঙ্গল, মুনব অশেংবরা ?
কোদ ওম্ব হৈনৌ 'শংব, শীল্লোইদ্রংন নংবো ?
নফম চাওরে নতিক লৈরে ভবাং অহি'দৈ,
থর্বাক্তি তোব তায়দো নং খোমিং কান থুম্ন,
ব্রাইদ নংগী খল্লুবদ ব্রাইকুপ পূবী ঐদে !
কদোমদনো থোরিবদো ময়াম তোংব গাড়ো ?
পুংদ মাইল হুমফুতরা কাল্লৈ গেয়ার পাল্লে।

.(৫)

মতমগী নুংশিং নুংশান শাংলো শাংলো শাংলো হায়রে,
পোমলিব কবিরৈ ঐথোয় ঈশিংদ তিংলগ,
কচ্চরে নথোড থম্বালদ লংনবিম্ন ইমা।
ঠৈতে ইব শৈরেং ব্রারেং পামজবৈ তোবনি,
ফজৈ ম্লুভাই হায়বিয়ুকো তন্দনব তুংদ।
ইমা, ব্রারেং শৈরেং লৈম, নংবু শেল চাবরা ?
মতুফাও থডজদে ঐথোয় কংনাংভাইস্থ লৈজদে,
ভাস্থু ফাদে, শেনস্থু তান্দে ইব লাক্লবদ,
কোকপু ইস্তাও ভাওবে মতম থোংজেল ইম্নবদ
লম্বীদ শাংপী য়েংলিউ নোংম শং থডহোদে!

ব্রাওগ্রে মতমগী থোতজেল!

তাং ৯—৭—৬৬ ইং

---

# Humour in Manipuri Literature

## মৈতৈ সাহিত্যদ নোংক্লিং বা

তাইবং মী নত্তব অহিংব অতৈদি নোক্কে। নোক্লিংনবা মচাক সমাজন হুল্লি। নোকপনা পুক্লিংদা হকচাংদা য়াম্না কান্নহল্লি। চাউথংপা লৈবাকশিংদা নোক্লিংব কুম্ম য়াম্ন পামনৈ। সঙ্গদগী মী অমবু থজনবগুম মানা অপাম্বা ফাগিদনা মীওগী পুকচেলগী মরেপ কাবক কবাক ওন্নব য়াই মৈতৈ সাহিত্য পুখ্রিদা যোক্লরিবা নোক্লিংব থরা খুংজমদুনা ফাগৎলগা য়েংনব্রিবৈগী মমাংদ করিন সমাজদ লৈবা মীশিংবু নোক্লিংহনবগে হায়বহু অফাওবা মী থরদৈ পূহনা পঙ্গগে।

জর্ম্মনীগী অফাওবা দার্শনিক কান্তকি মোত্ত থাজনা ভাইমরম্বা করিগুম্বনা করিসু ওইরক্তবদ নোক্লিংই। মীন নাকোং মেম্লবে, বম্পুলানা শুং লাওনা তোক্লে উবদা নোক্লে। হেনরী বার্গশোনা হায় মীবু থিংনরম্বা সমাজগী খুংশেম পন্দু নীংথায়রগা নোক্লে। সীজমন্দ ফ্রেইদকসু মোং অসি অন্ধা ওইনা তৌই। চেংবা ফাগিদা চেংবনা মকুবোক্ত "হকুবাক মহৌশাগী নৎলমদ্রে, নমাই য়াম্না থক্লম্মেনা ?" মকুবোক্না খুম্মি, "অভাং নং নরেপ রাংমন্দুনা অহল লম্মম্ন রারকপদা লাম্বা ফংলক্তমালে।" মেকচুগালনা হায় থিত্তং শোক পনবা মুংশা থাদবদি য়াবনা মীবু নোকনিংহল্লি। লোর্দ বাইরন্না হায় করিগুম্বা অশোয়বদা ঐন নোকপদি কপ্পিংদনবনি। মুক্লাগী যাত্রাবু জমথংলকপদা ভাইরিবা সেবক অমনা

থাদয়বদি মীনা নোক্লিংই। মানা ভাংইবদো মীনা 'ভাবিনবা বর্ন'দশোম্ব অভাওবৈ থুভমদা লেপ্পগা স্ত্রেষ্টরগী লাইসেন্স পায়হুনা ভাংবা তাখি জ্ঞা'ন য়াম্না তানা। নোক্লিং হাদি সমাজগী মীবু শেমগৎনবা মপা লৈতবা পাখ্বিনি।

কবি অভাংহলনী "থম্বা থোইবী" শৈরেং ইনচিবৈ মতাংদা —থোইবীনা থম্বদা—

"নচে ইবেম্মা ইতাসে মুক্তা মদোম ভাইবদা
য়াম্না র রে থম্বদা। মুম্ব'ম্নবা তোরসে,
কেগে মোইরাং সৈবাক্তা পাথং পুক্লিং তাবদো
হায়ুগবা ইরেমদা?

মতাংথো'ইগী ইমুংবু হাংহন্নিংদবসি কয়াদা চাওখ্রব পুক-চেন্সনো। থম্বনা খুন্মি— "য়াম্ন মুম্না থমবিয়ু, ভঙ্গিরোইদবা লৈ-রবদি ইকাইবৈদা হায়জররোই।" মচেমসিহুনা অদুক থবাই য়াওনা হায়ববদা থাজদহুনা ইক'ইহুনা থাংবা শাই চাওবংহু। ইকাইবগা তোক্লো হায়নক্রবদি মহাক ময়ুমদা চাক চংওইদবা। মরাইবক্তা ফরিবদি থোইবীনা "হায়ু ইবুংত্তো? কনানো অদুবো?" মোমোন নোক্লুনা থম্বনা—"এনা হায়রি মীহুদি সিদৈসিনে" হায়-হুনা লাইজ ইরোম্নুংহুদা থম্ব' খুং খিন্দুনা থাদোই মমিহু তাক্লে।" হৈমা মহু ওইরেকো হায়রম্নগা থাদোইহু মিংস্না থম্বাল মানবীদা তরং লাইজ ইহৌরে, হায়বদি মাবু'নি হায়বা ভাব তাখ্রে। লোক্তাক তোর্বান সন থোঙ্গুন মথক্তা য়াওরকপা হৈ চামিন্নরে, রাশকমিন্নবে হায়রগা থম্বহু হনখ্রে। ময়ুম শেগায়বহুগী মাঙ্গোল হেক কাখৎপদা সিনেমা মংদৈ মিকপ থোকই। সেম্নু পুন্থুনা

থোইবীনা ময়ুম ত'মুং শিকার লেংলক্লে। খম্বতু সনামহী কাচিন্দা ফক্না খারগ লোংতুনা য়েংই। থোইবীনা মত্তা খমনুদা ফক্না খারিবা অসি করিনো হ'ই। মৌপাবু কম্বা খমমুনা খুমতুনা য়েংই "খুমন অপে কপনি ইবেম্মা।" মোইরাংনা খুরুম্বা য়াগত্রা হংবদা য়ানি য়ানি হায়তুনা হৈ লৈ কংতুনা থোইবীনা খুরুম্মে। "খুমন পোকপা লাইনিংথৌ, নিংবা থোবা নিংথৌবা। ননাই নীংবা থুংজগে, থুংহনবিয়ু নহাক্না।" নোক্লিংমল্লতুনা খম্বতু মনিং থোংদা চেনখরে, অনীতুনা তান্নতুনা কোংথাদৈ ফাখি। শিকারী থোইবীনা খম্বা ফাবগী পাউতু তাবদা নোকপা কাওখ্রবী লাইরবী খমনু ফাওবা পুক্নি ভংনা নোকপদা নোক্কব কনা য়াওগদগে?

কবি অঙাংহলগী "খম্বালদা" লিংজেল খাবী লৈহাওনা দোনন্নান শাবা থোইমুবু খম্বালদা থন্নাই তাখিবগী শাওরক্লে। মুংশি থোরীনা উইত্রা ইকাই থ'ংনা থোত্র" য়েংনরগে খন্নতুনা লৈহাওনা ইকাইবৈ থাংতু মুংডাইতবা খোতু থক্তা থোম ময়া থাংলগা মুংশি থোরী কক্লে। মালংবদা লাম্বা চাবা অমত্তং চেন-থোকখিনবা ঝা নোম্মে। পুকচেল চাওবা মালংবনা লৈহাওগা শকমান্নবা থোইমুদৈ হেন্না কুচু পানবা মবুক চেংপা লাওন্নুবীদা লৈহাওবু থাগৎলুবে পোমশাংনবী মপোবঙৈগী সিনেমা য়েংত্রিবীনি হায়না। খবর পাদব লাওন্নুবীতু লৈহাওখেয়দা পাইখ্রকুনা লৈপুন ওইখি।

ওঝা খ্বাই চাওবদি সাহিত্যদা পংনোক নোকখিদে। অতুবু মাগী "লবঙ্গ লতাদা" ফাগি খর য়াওরি। "মোনহা, মোয়াংথাং, মোহন... —লৈশাবীদা লতা ইন্দুনা চিং তোর্ব্বান্দ

চিংছি লুপ্তরি, নোক থেন্ডন ন্নারী কল্লা শারি। লাল্লপ্পা পাথং মচাশিংগী লাউব ত্তাই। "ও: ইমা মাইবী কদায়দনো? ননা অনিমক স্নুনা লৈহাও থেংনবমক্তা খুত্তম্নু পায়রিবত্বু পাব্জি কনাগী খুদোন্নো? "মাইবীনা খুম্মি—" নমাগীনা ব্লাংপা লৈবরা? য়ুম-দম্নু, চংখিবা চংখিবা মফমদম্নু নখোয়গী বাজিগী বাজি ভাক্তনে ইচাশা।" লৈহাও অমম্নুং মাইবীগী ফাগিসি সীজমন ফ্রোইদনা মরম তাকপা ফাগি লাংতুনি।

শ্রীএল, ইবুংভোহলগী "নরসিংহ" লীলাদা অভাওবা শা-রিবা কুমুদন "স্বর্গদা হিংচাবা কুমলে, লাইয়াম কায়নতুনা চেন্নে, লাই লান তৌরে; তু তু কৈ মথক্তা শক্তি অমা তোংলে।" মতমতুদা মৈতৈবু ওংলিবা অন্নাদৈ থন্নাই হিংনবা তৌখিবা ফাগি-নিনা ভাবোক্লা কুমুদগী লৌশিং অমম্নুং থৌনাত্থু থাগৎতুনা পেন্ন নোকই।

শ্রীগাওবম তোম্বগী "নুবা শাম্ফলেম্বী" দা শৌন্নানা নোংবান লক্লবগুম শোইবোলনা শমুলেম্বদা "ননাই শোইবোন্না শোজবদি সিনিমা— —শাম্ফলেম্বী হায়বিসে লীশাং থাবী ওইনা তৌই— শমুনা পংশমদা শমজিনবা অত্থুগা শাম্ফনা পংশাংদ শাংদোকপ" ইকাইথাংদা শামুন খুমই— "হায় অপশ! নুপী হায়বীসিদি তাংতৌবদ তানোংপ তানীং তামাং ওন্নব হৌনশানি নিভোলগী।" মপু মনাইগী অন্না'ই অখুমত্থু লাম্ব চাবনা ভাবোক্লা নোকই।

মহাকবি কালিদাসকী শকুন্তলানা ইকন কল্লা হকচাং ঙৈবা, মত অনীগী থোগল মতৌ, মাইবা তুষ্যন্ত নিংথৌনা অনাবাদা মখোং নোইয়ুরা হংবা ভাবোক্লা পুক পায়তুন থাঙনৈ। শ্রীশ্যাম

সুন্দরনা হন্দোকপ বঙ্কিমগী "কৃষ্ণকান্তগী উইল" দা মীমাই মুবী ক্ষিরোদান মবেন্দ্র ভ্রমরদ মবুংডে গোবিন্দলালনা রোহিনী অকাওবীদা খোইমুবৈ না তনজ্ঞরুবদা তথী তথী তৌবিরক্লুনা তম্বা পেলহল্লে। ক্ষিরোদান রামগী মম, শ্যামগী মমা, হারী তারী পারী —ন্নাবেম পাম্বী তেঙ্গাল অমদা তম্মুহনা ভ্রমরদ অচুমদ্রা হংবা লাকখিবহু বার্ণ কাবগী মীয়ামহুনি। মনাইনা তম্বা তাখিদবহু কল্লক পেল্লি।

কমল ডাক্তবগী "মাধবী" দা মুংঙাইরবা ফাগি থন্না য়াওই। সন্ধ্যাদা বীরেন্দ্রসনা লাইরিক ঔরাইবদা ওৎলবা মরুপ মপাং মচন লৈবা মানা লাইবিক তম্বগী, ইমুংদা মপাবুংগী মরুপ অহল বারেম শুবশিংনা হিদাক হাল্লু, করি কাম্নবা থবক শিংনবা ওম্মিবা লাইরিক্লো, ইংগ্রাজী পাও লাউন ঐথোয় তাগে। হায়বা ইনবা মীওমদবা বীরেন্নাা বাবহু নোক্লিংই। চাক লোইফাত্রবা মচন্দা হাথু হাথু থিহন্দুনা শাওনিংনা হুকপদ মরৈ পোকপা। তাঞ্জাহনা মচল থম্বাল সানা "বাকুনী কাবা থরা পুবিয়ু য়াম্বুং।" মবুংনা চখোম চাওনা— "ঐদি চৎস্নু চংলোইদবদা করি কাম্নবা ইরাও লাউই।" ময়াম্না লাংবহু মচন্দা তাইনবিহুনা থম্বাল মমাই ডাংই। মসি পাদ কনানা নোক্নি কনা অমনা কপ্লিবা য়াই।

চীংয়াগী লৈকোল হায়বা মতাংদা শশিনা লৈহাও কাখ্রিজৈন্দা থোইনীং মথোল তাহুনা বীরেন্না লৈ থীবা চংই উরী উনা থদংলগা লৈথোক অমত্তদা উরীরৈ মাধবী থাত্রাংননা শাৎপা উরে কামদেবগী কৃপান। ন্নুমলক্ত শাৎপা অনীসিহুম পূহন কারুনী মহাদেবদা কৎলুবগে থন্দুনা নকশিল্লুববু লৈরাং দারোগা অমনা

থাক কাথি, লাইসেন্স য়াওদনা অচৌকপা থুগাম্মরবগী, সন্নাও কাংবগুম মচুক্তা লৈ পরেং লেংলগদুন কোঙ্গোই থক্তা হুকচিল্লি, অদুদৈ N. C. C. গী Commander গুম লাওই "মফমসিদৈ লেংবা য়াদে।"

চহি ১৭/১৮ শুববা বীরেন মরোম ময়েশিনখ্রে সুংগী মহা-দেব ওনখ্রে। উবিরৈনা য়েন্দাইদৈ লৈদু লুহাং ইশৈ হৌগ্রিদৈ খুজোক খুজোক লৌথৎতুনা চাইথংলে মকোক্তা। মাথৈবীনা মহাদেবগী কৃপানি বার্নী কাবদা পুহল্লো, নিনিংব বর নিহৌগ্লো ইত্তা হায়রে। হায়বা ইনবী উবীদৈ আর কে মহাদেবগী মথোঙদা লৈ কংতুনা থুরুমলে। উরীরৈনা শোল্লি "বর পিনবিগ্নিবা মহা-দেবসু নহাক্লি, ঐনা নিবিবা ববসু নহাক্লিবইবুংভো।" সুংগী মুর্ত্তি অপঙবদুনা পাথৎতুনা ননিং থুংজরো হায়দোকখ্রে; মী ওন্নবা মতমদা হয়েং লাইরিক পাবদা থবাক ফুম্ন হায়বা থঙদবনিনা। পাথও অয়াম্বনা বীবেন্দ্র মহাদেব শানিংই, বীরেন্দ্র এম, এ ওইনবা লাইরিক পাবদি তন্নি হায়বা থৃংনদুনা উরীরৈ খোয়না লাইরিক তম্বা কাবদা পুনরিবা থাওহু কাক্তি লৈকোনগী লৈ পরেং য়াওরমক্রা হায়দুনা সুংগা থী।

সেক্সপিয়ারগী লীলাশিংদা ফজববা কাগি কয়া য়াওই। ভাওশিন্নরিবা হেমলেটনা হমুবা মরো লৈবা পোলোনিয়সত "ভাথীয়া পাগ্নী, অহল ওইরগা মমিৎ চোৎপা, মীরোল হুক্কবা অস্থূম্না ইবসি কম্ভে, নংদি ইদুংভো ঐদোন। অহল ওইরকথিনি রাইখুগুন্না মজুং হন্না চংপা ওন্নবদি। ওফেলিয়াগী মোংকম তৌবা হমুবশিংনা শাবা য়ারী য়াথল পোকহনবা ফজবা কাগি অাংনি। হমুবা জোকরনা

শকই "চহিনা হুরান থোডথাংদা লাক্কুনা খুঙ্গান চাওরবা খুংলাক্না ফারগা ঐবু তাওথহল্লি লৈনুংসিদা—" "মানা কোকী শক্ন অমা লংখংলকপদা হেমসেটনা "শক্ন কোকনি মরৈ পাল্লম্মিবনি, মতম অমদা ঈশৈ শক্লমগনি ; লৈবাক শেন্বা মীগী মকোক ওই-রম্বনু য়াই, লাইবুস্নু নমথাক তৌগে লাক্করম্বা হুজিক্কি অপঙব-সিগী য়োংপাক চারেদো !" অসিনচিংবা অওইবনা তৌবা জ্ঞান তাহনবা ফাগি জাংসিনা মঙলান্দ পংথহনবা কাংবুদৈ কান্নবা য়াম্না হেল্লি।

অরোইবদা তোংত্রানা লেংবা লীলাদা য়াওবা ফাগি জাত্তু খিংতং পন্দ্রবদি চেং ফাগিগী পোষ্টু পায়হোরিবা লৈবাক্কি মনাই অমনিনা মানা ঐবু মীচং মীথাই নাই হায়খিনি, কনাগুম্ব অতৈনমু করিগী পন্দে ফাগিগী প্রোকশোবী 'হুবু হায়নরকপা য়াই। মাগী লীলানা থ্বাইদৈ থরা তোপ্পা উবদি ফাগিনা লীলা মপুং ওইরগা রস অতৈনা মোসলা ওইনৈ। মাগী লীলা পাবা নত্রগা য়েংববা কাংবুন জঙ্গলদা চংলগা উজ্ঞাও ডাক্তা উহুন জঙ্গল উরক্তে হায়ন-বগুম ফাগি ডাক্তা উরক তারক্কুনা লীলা নত্তে হায়নবা য়াওই। নোক্লিংবগা কপ্লিংবগসি মান্নমন্দুনা মাগী লীলাদা কপকত্রা নোকত্রা মফম থঙদবা য়াওই। লুহোংবদা কপ্লিংবা রা উংপগী খুদম "হিংমিন্নব" দা অরাংভম্না বোরগী মমাদা ইনশিল্লি, "ইবেমশিঞ্জ নঙ্গা ইবুংঙোগী বোর পার্টিনা তোংনবসি কারদি খ্বাইস্নু তৌনৈ Bomber fortress তু অথাম্বা নত্তে অমত্তংদি রাইসিরা ?" মমানা তাখন "মীনা হেনবা য়াদে ঐদি, বোম্বর ভরান বোর পার্টি তোংহনবা চল্লোইদ্রাও।" শাবাস। ১০ বু তুরবদি পাথঙ পল্টোন

অমা চন্নি।” “মতুদা তাধন মতিক মরল লৈতবা কন্যাগী হিং-ঙোলদা তাভম লৈগদ্রাও?” কন্যাগী অরাংভম্না কন্যা মাদা “ইবেমম্ন খোয় মনীংগী লম্ফাংহুবু কন পাকপদায়নে?” কন্যা মানা— “তায়াইমা, ১০ দি হায়রুনু বোম্বর ১০০ লাকসহু লৈবু লৈজরবদি মী ফৌজ অমা পুহনা, মনীংগী লম্ফাংহু মাইল ১০ শাংনা ২ পাক্না 1st class aerodrome ওম্বোকহনগে লুহোংবা নংনবা। লুহোংবদ উৎনিংবা লৈদি লৈজদবা লাইরবা মীচমগী আশা কৈদৌউৈ থুংগবা ডাইবদা কপ্লীংই। বর মপাগা কন্যা মপাগা খংনহুনা হাজৎতা লৈখিৈউ মমা অনীনা মচা পাম্নবা অনীহু লুহোংখিখি। কপকদ্রা নোক্কদ্র?

“মেত্রিক পাশ” লীলাদা মেত্রিক নম্রবদি থাইনরনি হায়না মপুরোইববু মেত্রিক নমহুনা থাহনবীহু পাশ তৌরবা মতুংদা শার্টি-ফিকেটি, পায়হলহৌই মশাহুদি মিশ মাণপুর হায়বী মতিক লৈবিহুনা সেক্রেটারী ওইনা পুথি মতম কক্কনা। কপকদ্রা নোক্কদ্রা লীলানা উৎলিবা তাইবংসিবো।

“মনিমমৌ” লীলাদা বসন্তনা মনিরতন শিরেহায়ব লং-কৈদৈ পাও পুরকপহু তাবদা তেংথাবহু তাবিয়ুঃ মমানা “ইমাগী ইবুংঙো, নং লৈত্রবদি মীগী শেল অমুক য়াম্না পুখারবসিদি কনানা শিংবিদগে?” মচন মোহিনিনা “ও তাচৌ ও তাচৌ! ইপা শক্লবাও, নং লৈত্রবদি ঐগী লুহোংবদা কনানা ইবুক চানা ইওং ইউন তম্বিদগেনে তাচৌ? মনাও মনিহার ‘তাইখো মোহিনী, নংবুদি ঐনা চহি হল্লিবনে। তায়া, তাচৌনা চান্নবা হিপ্লবা মতমদা

মনাও পাখং তিং লাওরবা অমা মণিপুরদা লৈহৌই, লৌ য়োন্দুনা ওইরে মাগী বিবাহ কর্ম্মগী রা কা পল্লমদেকো ?"

মুপীনা তেংথাবদা হা ইবুংঙো নুংশিবসু প্রাম্মুবসু পল্লবাও ! ইবানিদা তোঙংম্না ইপামদা লৌরইংদা ডারৌ অমত্তা চারে তঙ্খায় য়েন্নহুনা চামিন্নরম্বদো হুজিক্কি মপুম ওইনা চারো হায়রব্রাও ? মনিহারনা— মোহিনী, মুমিৎসি উথোং য়োখে, কোল্লিক রাইরম লেংদোকউনহায় ।  হরে কৃষ্ণ ।  ওসিদি ডরাং থাক্লম্বা ডারেন্দু চাবা য়াররোইদো ।

মমাগা নুপীগনা নিপাগী ভোট মুন্নবদগী ইমুংহু মুংথি। ফনা নোকই হায়হুনা লৌলাসি Comedy রাও ? অরাবনা লোই-রবদি Tragedy কৌফৈ হায়ব Hegel গী Theory দু ইল্লবদি "মনি মমো", "মেত্রিক পাস", "হিংমিন্নব" ফনা নোক্লিংব কয়া হৌবদৈ লোইবকাও য়াওব্রবসু Tragedy ডাক্তনি। পনবা য়াবা অরিবা অনৌবা সাহিত্য কয়া রাংহৌরি, মতম থরদা লোইনা থাবা ওমদবৈ রারোবিনু । মৈতৈ সাহিত্যদা হাস্যরসতদি অতৈ পৃথিবীগী লেবাক মচা অমনা হেনাখিনি থাজত্রে Dimension শুনা য়েংনবদা। নোক্লগা থনবিয়ু, থন্ন থন্ন নোকপিয়ু। থুরুমজরে ।

তাং ২৩—৩—৬৬ ইং

# হুমলিংদব

(A short story for the A. I. R woman's Programme at 1 p. m. on 4. 7. 66.)

থাইনৈ য়ারী নত্তে, থোকথিব কুইদ্রিব য়ারী মতেক্নি, পি-পা, মুংশি মুংনাং, লাইবক থবক্কী লাইরা য়াওব জাং। কালেন মুংশা শারে শেং কায়ন, ঈশিং ঈনিঙ চিঙ্খংপদ য়াবন মুমিৎ ফাওব হুমাং তপ তপ তারে। ঈথৌ লাংলব মালেম লৌবুক লম্মাংগী চিঙ্গান লৈক্রেক লাওনা কারে। নোঙৌবীন মতিন কুৎকুৎ য়োৎ, য়াশে ফৈরাদ ফন ফন চোং, থোংব তাবদ পোৎপু লাঙোল পু, অর তিতি হোই, লৌমী নোং ঙাইনখ্রে লৌবুক্ত। মালেম্ মাগী মাঙ্গ অতিয়ান হৈথবিরে লাইজ অমৃত ঈরা। ৫ নী ৭ নী লেপ্তুন নোং চুবনা য়ুম্ফালগী লম্বী লমজাও, পাং কোম মমিৎ চোংলে, হায়নরে "চুস্থু চুরেদকো!" কাণ্ড মন্নুংনি, নোংম মুমিদাং য়াই নোং মরক্ত ছাটিন অমা তুপ্তুন থৈদেন লুকমাইদ য়াইপল্লী ঙাসেপ কাত্রা য়েংগে হায়তুন চংথোকউই। অহঙ মতু নাম্নব, মশাদি উকাবীদোন খিং খিং লাওব অম থোংনাংথোং অমদা নোং থুপ্লম্মী। থৈদেন ফাওবদং ছাটিন্দুদ নোঞ্জগে হায়রগ ফন চোং-থোরকই। য়ারী শাহুনা চংমিন্নবদা থাঙ্গদনা মুংঙাইরব মীতা অম ওইরমলে। মহাক্ন হংই, নোংজু থাদ ইবুঙো, থৈদেন তাব লমজাওশিংসি মথক কুপত্রিব করিগীনো থঙত্রা?" ঐন থঙজদে

তাদ, মৌনহ নৈশাবী শাবী কতলা, মিরন কাপ্প দোকান্দ ফিরোল নৈব চৎপ নোংথক্ল উরোই হায়তুন তৌরিদ্রা। ভাইথো ইবুঙো, ভসিদি থুবাক ইশৈ মতুংতুম ইল্লুসিদো, ছাতিন হাযর য়াওরে, নোংথক্ল উদৌব নৈতে। ঐন নৈথোম মরকসিদবো, তাদবু চহি কয়া শুবিরবগে হংখি। ইবুঙো অঙাং ৭ শুরতুন মমাতু মথোল য়াক্লে, মহাক্ক কাওগ ইশৈ ফাংনব য়ুমদ তাদৌশরুক ইম্নফি অপাবৈ মতুং ইল্লগ থুবাক ইশৈ তাকুবন মুংঙাইরোইদ্রাও? পুন্সিগী শেন্দোং হায়ববু খিক্তং শংবদ মুংঙাইহোবনে, হেক কংবগ মৈন চাকথিদৌরিবা। নহানি পুন্সিরোল হায়বসি খঙহোদা। অতুবু য়ুম্বাল্লোন হায়বসিনা কমদৌব ভাংনো? ইবুঙো, খ্বাইদৈ কব য়ুম্বাল্লোন্দি য়ুমলিংদবনি থাজৌনে। ঐন, তাদ মতুদি করম্মা? মান, করিস্থু নৈতে, ইয়াম্ব নোংম খঙহনগে হায়খি।

ঐঙোন্দৈ ছাটিন্দু রাইরগ থুবাক ইশৈ থেকপী খর লম্বীদ উরিবতুগী মতুং ইল্লগে, ঐবুন ময়ুমদ চংলগ ওঝা মাইবতু অনাবশী কৌরতুন লৌরাইদ চংখ্রে হায়বিরম্মু মথোয়গী কোম্হোং তাক্লে। মতৌ য়েংনিংলতুন ঐস্মু য়াবে, মাইবস্মু শাবিত্রা তাদবো হংলুবদা থুম্নকই: "ইবুঙো, পাঠশালাগী ওঝাস্মু ওইরম্মি, অঙাংদ কাম্নদ্রব অমম্ব রা কয়া কয়া তম্বিব তনবনৈ তোক্লগ ইশৈ তৌতুন অমুক য়েংলবনে। ইশৈন ধর্ম্মদ নপচ ভাংজতুন পানব, লাইগী নামদ নহান পামজব মংলাম রসমথৈ, শকচিনবতু তল্লি হায়তুন মতুম্মু তোক্লগ মাইব শারিবনি। তাদ মাইবতু মতুদগী লমজাও ভান-বিশিংগী মতুং ইন্নতুন চংখ্রে। ময়ুম চংতুন পাউ তম্মুবদ তাতুনান

নুপী ইতৈম অচৌবীন মচা ময়ামগ লাইরু খাংপোক্ত মথা চিকুন শিদনব থাংনয়হু উবদ ইমিংতৈ ইপি তাখিব খঙহোদে। মচা ময়াম্ন য়ৌ য়ৌ মপ বু ঙাংহৌবহু তানিংদহুন নাকোং য়েন্দুন হল্লকই।

হাংলদোইবে'ই নিংনরম্ব নোং লৈত লাইর য়েংবিদন হৈথরে ৬ নী বদাং বদাং, জম জম। চাক লাম্ব অঙাংমুপীন কপ্প তাহল্লন লাক্লে ঈরাওথোস রারব জুরেন্দে। পাং/কোম্ ওল্লে ইম্ফাল ৪/৫ নীদি। থর কংলব মতুংদ ছাটিন লৌব চংলু-ববু ত'তুনান মাইবহু ময়ুমদ হল্লক্লমত্রি নহান্দে, ১০ নী হেনখ্রে। ইমুংহুন লৈথোম লৈনাং, ফদি ফরা, মমিৎ কুৎপ মবুক হাংব, শরুন শাব অঙাং মুবী, নরক্তি লাক্লশং। ইতৈম চৌবীন মাইবহু থর থিমিন্নরুসি, ছাটিন থৌব ওইন হায়রুন কম্ন তক্লে। অরামন মচা অম কাওব পীরবস্থ পীজগে হায়রে। তৌহৈদে ইতৈম্মা কদাই-দৈনো হায়রগ মাইল ৫/৬ লাপ্প চৎমিন্নরে হান্ন থর চিংনব মীশক ওইরমাল্লে, মীন তাকুন চংমিন্নরে নব বৃক্ষ অনৌবীগী শঙ্গাইদা।

অয়ুক মুমিৎ উখোঙ য়ৌব মতমদ, মাঙ্গোল মচাহুদ থারৌ মান্ন মকোক থাঙ্গৎ, কৈদেক কোল্লহুন চাক হাওন চারম্মেদা তুনান মাইবদো। অনাবী মান্দব অমৌবীন জগোই থুংথেক্ত ঙারৌ হাপ্লম্লগ ইমুংদ চংথি তাঞ্জাহু। ইমানীন শুমাং য়ৌব মতমদ তাদ থারৌহু ঐগ লোইনরকপ ইতৈমা থৈরোইহু হেক উবদ মঙকতু লেকথৈ, ঈশিংনি থনত্রা ইরোম্ব তেঙ্গাংতু থাঙ্গংতুন থকথি, চাক থর খোংথরগ থুজ্জাইদৈ ঈশিংহুন য়েঞ্জাং মহি ওইন তোংকে তৌ-বদগী ভাব তারমনে মথুং হামদোকথ্রে। "করি থবক্তিনো ইবুংঙো,

থাজদনা লিদদে ?" হংলকই। ঐন তাদ মাইববু কৌত্তব লাকপগি হায়বদ ইতৈম অ:চৌবীন নোংশিল্লকই, "তাদবু লেংবিদব মাপে, অঙাং অম কম্ম নারে, অতৈন য়েংব ঙমদ্রে" হায়। থোন মেংথ, মুংশিং মবুক তপ্পত্থ উবদ তাতুনান জ্ঞান থর তারত্থন, "ফিদা থ'রো হায়" লাওরগ য়েন্নথাদ চীন তেংথি। অনৌবীন ফক থারৈ, মশাদি ফৈয়ে, সনাম্থ মঙক্ক ফন ঙাম্লি। ইতৈম অচৌবীন হংই, "তাদ মাইবন য়েং'লব অনাববু ইবেম্মা ওইবিরব্রা ?" অনৌবীন, "মীন মপা'ন্দৈ উবদদি ইশা ফন উবিব, মমুংদ লাইমন থর লৈত্থন শেল তিংলবস্থ তিংলগে হায়ত্থন য়েংহঙ্খব্রিব; ঐগীসি চংনা নাব লৈনানি মীনদি মুংশিত্রবজ্ঞাং।" করি লমদৈ ওইবিরনো হংলকই। মফি মরোল জুং চাদবন চহি য়াম্মবী অচৌবীন খুমখি, "ইবেম্মা, ইন্দোনখোয় ইম্ফা'লদৈনি।"

উঝা মাইবত্থ ইমু'দ মফি হোংলি, অতোপ্পীত্থ চংখ্রগ জুজা, মুরুম মুরুম থর ঙাংনবগ মাম্থ মফি হোংখ্রে, কেন শেংখ্রে, মমাইদ পাউদর থারপ নৈখ্রে, নর্জ ওইদৌরিব্রা দোকান্দ কাবগী ভাবলা থঙদে। মাঙ্গোলদন ইতৈম অচৌবীন তাদ মাইব মাংথোকপগী মুপীত্থ য়ৈনব খুবাক তৈথোকই, মশা নিকই, থোংনব খুজিন ফেংই। করম থোক্লগব খনবদ ঐহাক নিংদোন তিং তিং চোংই। কুইদে, তুনানগ অনৌবীগত্থ তুংথ মাংথ, কেন মৌন "মন্থরগতি" দ লেং-থোবক্লে। ঐন করি ফিল্মদনো হংববু, তাতুনাম্ন তাঞ্জ য়েংব হায়-বত্থনি ঙংই। রারী শাত্থন ঐথোয় মরী তান চ'দবন হরাও হরাও চংখিম্মরে। মুপীত্থগী মান তৌনরিব নিপা অম লাইরান থঙদে,

যাত্থন খণ্ডদে মুমিং ১৫ নিগী মমুংদ ফাবিনি মরকসিদ চাব থাক্লগ লুপা ১০০ দক্ষিনা তৌব হায়ন ঠিকাদ ভাংনত্থন লৈরম্মিব রা ওইরে। তুনান্ন মথুৎ হৎপদ মুপীত্থন মরল লৈব উৎনিংবগ মাগী মাইবদুদ লুপা ১০ চৎপী ১০ থক পায়হল্লি।

রাখল মম্মিডৈ খণ্ডহৌদে ইম্ফালন ভাম্থোক্লয়। ইতৈম অচৌবীন মাইবগ অনাবীত্থগ ময়ুমদ পূশিল্লে। মফি শেম্মখ্রে, মখ্বাংদ ইম্নফি শেগাইবত্থ কিশিনখ্রে। মচা তেঙ্গোলত্থ কৌথোক্লগ "অভাংশা, নমাতোন থৈগে য়েংহোরো" হায়রম্মগ পাইশিন্দুন অনৌবী মনঙ্গদ অপাকপত্থদ থুংতুম্ন ত্থপ ত্থপ শুই, ওনশিন্দুন মমাইদ খুজিন্ন খ্রো খ্রো খোৎপদ পাউদরত্থ রা রা কিখৈ, উন্দা মক্তি শোক্তে। তাতুনান ইমানীন থামদোকপত্থ ফন রাই। অভাং তেঙ্গোলত্থন মপা মাইবদ, "বাজিন নহানমথৈ লাইয়েংলি হায়ব অনাবীসি ফন তেক্ল উরি, মশা পঙন নাদ্রবদি ইবুক থন্দ্রব ঐখোয় ময়াম থোংনব শেম্মগে মচেৎ মচেৎ য়েন্নত্থন চাজনবা" হায়রে। অনৌবী অতেকপীত্থ উকংদোন লেংদে। মমান "মী শেমগে, থাং পুথোরক্লে" হায়ন লাউরে। মতাংসিদ তুনান মাইব মতিন য়োৎ-থরগ মচিনবান কাথোরকই; মুংশিরব য়ুম্বুবী, অমম্মুং য়োকপ রারব অভাং ৭! নখোয়বু থাকপদ মতেং ওইনব ইপা মাইব শাব চৎলি, থৌ কয়া তোই, লাইরা মন্ত্র ইরৌশিং কয়া শিজিনৈ। মুপীমচাসিপী মিভাই তৌনরিব নিপা অমা কৌবিনি, হজিন্নহল্লি হায়ত্থন মুমিং করত্থন ঠিকাদ লুপা ১০০ ঐন লৌই। ১৫ নী শুদোব ওসি হুমিদ ভাইরে, লাইরান ভমত্থবস্থ ইপাঙ্গল ইরৌশিংন

নিপাঙ্ক ওসি ফাক্লুরগ পীগে হায়ন লাকমিল্লবনি। দক্ষিনাঙ্গু অমুক য়েম্বোক্লগে শে হায়রগ মচা ৭ তা ১০ চৎপী অমমম পী, ইতৈমা অচৌবীদ অরেম ৩০ ফু থুংই। হরাও হরাও লৌনরগ মতিন য়োৎতুন য়েংনৈ। মপান, "য়ুম চোৎ চোৎ লাওবসিদ নখোয় নৈখিল্লু, নমাগী মপাম নবেনবোক খোয়দ ৫০/৬০ নীদং লৈরমখো। কংন শেংদোক্লগ হোংন ভারাদ লৈজো হায়ত্তুন ছাত্র খরদ ডাংনরে। ইপা হংচিং শোইদনা লাকে। ইবেম্মসিগী ইবুংঙো দোকান্দাবত্তু উল্লহৌদন তোক্কনি, ওসি ফাক্লুদব য়াদে। মহাকপু ফাব শোইব-বদি, ঐহাক শোইদৌরিবনি ক্ষতিপূবনদা খওড়. য়ুম অমপাওব লিংব ওমদবদ ঐন অনী লোনব তাদৌরিব', অনী লোনব। শেলত্তুন নংন নংন পান্থ লৈনৌ হায়রম্মগ মিং থংনত্তুন ঐখোয় অহুম শৎ লাওন নাম্বোরক্লে। মমা মচা ৮ অত্তু থৈদেন ১ পুল্ল লৈনব জো জো ডাংনহৌই। শোরোক্ত ব্রাইখিব ছাটিন্দু পীরম্মে, অনৌবী অনাবীত্তু মুংশা ব্রাই শংন হোন্দোকচরে। য়ুম লিংদব ব্রাদৌরিব্র। তাদ মাইব হায়ত্তুন হংববু করি য়াদনি মুপী মখেংলন মপাম মপামদ য়ুম লিংজগদবনি, নিপা ঐখোয়ন ইনিং তম্ন খোই-মুগুম পাইরগ লৈহী চেনব লৈরাংদ অতিথি ওইদৌবনি। হুজিক্ক কদোমদ হংবদ ইংলিশ ফিল্ম য়েংব চৎলিবনি হায়রম্মগ অনীত্তু মোকমীন্নত্তুন চৎখ্রে। ময়ুমগী মুংশি ইচাওদৈ লোকপশিং শরু নপুন্দুগী ব্রাথলন ঐডোন্দ লৈহৌরে। থোইমু লৈরাংগী তাইবংপান্স নোংম শরু ম পুন ডাক্তন থল্লদনকো——হ... ...(মুংশামপী)

———

# Theatre and Young People

**( A. I. R. talk on 27-3-66 the world Theatre day)**

য়ৈহৈদি ঙসি নৈনবিব হিরমসি থিয়েটর্ অমস্তুং নহারোল হায়। অদুবু থিয়েটর্দা অগাং, নহা অমস্তু অহল মী পুম্নমক্কি মাইক্রোস্কোপ, টেলিস্কোপ কুম্ব অচুম্ব ময়েক লান উনব খুংলাই অমনি। থিয়েটর্দা পুন্সী ম্বুংঙাইরব মচং, অচুম্বহ উংলি। পুন্সি করিনো? স্বামী বিবেকানন্দন হাযখি "Life is the tendency of development of a being under circumstances tending to press it down" য়েথায়ব মরক্ত চাওখৎনব হোৎনব পুন্সিনি। মসি Sir Isaac Newton গী 1st Law of Motion গুম্বনি। অতিয়াদ লজ্খৎপ লৈতুম্বু ম্বুংশিৎন থংব পৃথিবীগী আকর্ষণ শক্তিন থাম্বগুম্বনি। লীলাদ থম্বা নোংবান মুক্ক, ফুটবল মেচ্চ লাম্বা মন্নব য়েংব ম্বুংঙই। লীলাদস্থু পুন্সগী অতাংব অচুম্ব ম্বুংঙাইরব উব ফংহ। পুন্সিবু উংলগ হেক ম্বুংঙাইগদ্রা? ঐথোয়ন মুক্কিগী মী কয়াগী পুন্সি উবি, করিস্থু থোইন ম্বুংঙাইব উদে, লীলাদ উংলগ করম্ন ম্বুংঙাইনি? জঙ্গলদ চংলগ উ য়াম্ন হোৌব উবদগী জঙ্গল উব ফংদে হায়নব পাউরো অদুগুম্বনি। অয়াম্ব মীন মিং পাম্ন পাম্ন উব ফংদে। W. Somrset Maugham ন হায়খি, "Most people cannot see any thing, but I can see what is in front of my nose with extreme clearness; the greatest writer can see

through a brick wall," অচৌব লেখকশিংদি ঐথোয়ন উদব কয়া চেক্নী নৈপল ফাওব ফাওন উব ঙম্মি। অচুম্বন Art কি য়ুমভম্মি। গেটেন হায়, "In art's wide kingdoms ranges one sole meaning, still the same. This is the truth, eternal reason, which from beauty takes its dress". ফজবন ক্ষিক্লেৎ নৈতেংব অচুম্ব, মতম্ম কোহ্লিং কাহন্দবত্থ অহৈব নাটকারশিংন থিয়েটরদ উৎলি। মতু মীচম্ম তাইবংদ থিজুন উব ঙমদে। যুগ যুগও মখিং চৎলম্ব নাটকার কয়াগী লীলা থিয়েটরদ উৎপ— উরগ মতম কয়াগী পুন্স মমি, তাংলব অচুম্ব ময়েক লান ঐথোয়ন উব ফাই। মরমদি "Art is a mirror of the artist's mind and its relationship to the world around him." অতুনদ চহি কয়া তুং-থৎলক্লব নুংঙাইরব কান্নরব মীগী য়াম্নী তম্মগ নৈহব, মীতৌ তম্ব ঙম্ব মী ঐথোয়ন ইরল ওইন শিক্সিন্নব য়াহনব Teatre হায়ব খুৎলাইসি কয়াদ কান্নখ্রব পোৎনে' খন্দুনে য়ে বিয়ু।

জর্মনীগী অফাওব কবি গেটেন কালিদাসকি অভিজ্ঞান শকুন্তলমগী মরমদ হিথি: "Wouldst thou the earth and heaven itself in one sole name combine? I name thee, O Sakuntala: and all at once is said" তাইবংপান অমসুং স্বর্গ অনীবু পুন্ন উগে হায়রবদ কালিদাসকি শকুন্তলাদ য়েংউ হায়রি। কালিদাসকি লীলা গেটেন উরগ তম্ব পাউ ঐথোয়ন তাবদ কয়াদ নুংঙাইখ্রবনো! উইলিয়াম সেক্সপী-য়ারগী Macbeth ন মাঙ্গী মুপী শিখ্রব হেক মতুংদ মশাগী পুন্সিবু নিংশিংজরগ Sum up তৌথিবত্থ তাবিয়ু: Out, out brief

candle ! Life is but a walking shadow, a Poor Player— That struts and frets his hour upon stage— And then is heard no more : It is a tale told by an idiot, full of sound and fury, signifying nothing". মুংলো, মুংগো, কুইদব খোইরু থাংমৈ ! পুন্সি হায়বসি মমিন চৎপগুম্বনি, হৈতব এক্টরন ময়াদ কোঙ্গোন কাবমথৈ মাগী পুংভমদু লোইশিনখিনব লাউজরম্ব, মদুগী মতুংদৈ তাখিত্রবা। মসি অপঙবন লৌব ৱারী অমনি, হোন লাওখোংন, অর্থ দ অমত্ত য়াওদব। মেকবেথকি মথক্কি পুন্সিদু পাবিরগ নত্রগ উবিরগ মান হায়রিব ৱাশিংসি কয়াদ ফজখ্রব অমসুং চুমখ্রব হায়বদু খঙবিনি। মসুক মুঙাইন ফজব উংপ য়াব মী মথঙ্গ পুম্বদ কান্নহনব থিয়েটরবু মশক মুন্ন থঙনতুন মতিক চান শিজিন্নব মতম অসিদ লেম্নভম ওইরবনি।

হৌজিক ২০ শুব শতাব্দীগীময়াই হেন্দোক্লবসিদ সেক্সপীয়ারগী হেমলেটন হায়খিব "One may smile and smile and be a villain". মোমোন মোমোন্দি নোকপ মবুক্তদি হূ ফুম্ব Clawdius কুম্ব Politician য়াম্ন থোক্লক্লে। অদুগ Sc. অমসুং technology ন য়োন চাওখংলব কাল অসিদ হূ মবুক্ত ফুম্ব মতিক লৈবশিংন পৃথিবীসি মাংহনগে হায়রবদি কয়দ লাইরব মতম্নো ? কমদোরগ Science অমসুং Technology চাওখৎপগ খোঙ মান্নহন্ন মীবু কমদোন মবুক ফগৎহনগদগে হায়বসি পৃথিবী পুম্নমক্কি মরু ওইরিব ৱাহংনি। মীসি চাক থর মবুক থল্লগ মফী মরোল থর শেংলগ য়াদ্রে। মাগী emotional food মতিকচান পীহন, নুংশি নুংওন, অকি অথং থোজাল খোনানচংব মবুকচেলদু

Aristolle গী Tragedy গী Theory of Catharsis কি মতুং ইন্না Pity অমসুং fear শোংদোক্লুনা মতমগী মতিক চাবা অফবা মী ওইহন্দনা য়াম্রবনি। মীপ মীগ সুংশিননবা International Co-operation by art and culture পুরক্নবা Theatre কান্নবা খুৎলাই অমনি।

অফবা নোক্লিং লৈলান সমাজগী অমোংপ কয়া শুংদোকপগ লোইননা অহৎপ্রোন লাইরিক কয়া হৈহোদবশিংবু মতমগী ইরাং অমসুং জ্ঞান খঙহল্লি। মতাং চান কপ্প অমসুং নোকপন লীলা উরগ— অহন্না নহা নুপী অভাং পূম্বগী পুক্কি'বু চুমথোকহল্লি লূহল্লি। কয়া ভাব তাদবা খুন্নুংগী মী, অহন্না খরন লীলা পুম্নমকপু থাদবা থাজবিরুন্নু। নিংথিন মরম চুম্না শিজিন্নরবদি থিয়েটর হায়রসি কান্নরবা স্কুল অমনি। J B. Priestley না হায় "True drama is created by bringing life to the theatre and the theatre to life". অশেংবা লৈলান থিয়েটরবু মথৱাই পানহল্লি, হিংলিবা থিয়েটরনা অহিংবা মীরক্ত চংলকই। অসিগুম্ব লীলা জাত্তি লাইরিক তম্মিবা নশাবোলদ কান্নরবা খুংলাইনি হায় জিবিশোন। Shaw দি Concentration on vocational and utilitarian studies to the exclusion of the intelleotual, aesthetic and the culturalড়্ য়ানিংদে। ছাত্রবু ফজবা কলাশিংগী মহাও খঙহন্দুনা তম্বিবন হেন্না ফৈ হায়। শেল থোক্নবা মহৈ খর হৈবদন মীদি মপুং ফাদে। মরম অতুন থিয়েটর হায়বসি মী পূম্নমক্কি কান্নরবা স্কুলনি। স্কুল খুদিংদা থিয়েটর হোল অমযম হাপচিনবা চুমই।

———

# নহারোলন কুম্মৈ উৎপ

ত্রিবেনী সঙ্গীত কলা সঙ্গম (য়াইস্কুল, ইম্ফাল) ১৯৬৬ ইং জুনগী তাং ৬ তা কাপেন ছুটি থাবিদুগী এম, ডি, ইয়ু হোলদ ইশৈ জগোই লীলা উৎপ কপচরেল শো অম তৌখি। মহুৰু ঐবু চানবিহুন চীক গেষ্ট ওইন য়াম্ন থর ভাংজো ভহাক্কুং হায়ত্বন বার্ত্তোন তৌবিরকপদৈ ঐ চৎতুন মুংঙাইরবু কুম্মৈহু যেংজরুই, য়াম্ন কলচ-রেল শোগী মরমদ মতেক অম ভাংজখি। মতুদ ভাংথিব রাহু থর শেমদোক শাংদোক্লগ অমুক ইথোকচবনি।

পোক্লভম লমদম হাযবসি স্বর্গদৈ হেন্ন মুংঙাই হায়নৈ। স্বর্গ হায়বতু ঐ য়োৗজরুত্রি, স্বর্গন কয়া য়াম্ন মুংঙাইতব কৈবাক ওইহুন মাগী মাগী পোক্লভম্ন স্বর্গদৈ হেন্ন মুঙাইদোৱিবনো ঐ থভজদে। মণিপুবদ লাকপ মীরৈবাক মচান মরৈবাক্তে হেন্ন মুংঙাই হায়ত্বন মণিপুবদ লৈব অমসুং লৈনিংবদি ঐ য়াম্ন উজরে। মরৈবাক ওইববসু মণিপুরন পেন্দহুন ইংলণ্ড, ইউ, এস, এ দ হয়েংমপোক্ত পোকচগেকা হাযব মৈতৈ মচাসু য়াম্ন থেংনরে। মহু-মকপু লৈবাক অতৈগ মান্নদন মুংঙাইব মণিপুরনি। মহাদেবন জগোইরাস শান্নভম থিরকপদ মতিক চারে হায়হুন শেম্নম মা-গুর্বনি মণিপুবদ। চাব থকপ রাংলমদব, হরাউ কুম্মৈ হোংব লম-সিদ লৈব মী ঐথোয়ন চাওখৎপৈ থাক্ত থর কান লৈবদি ইতিক চাবনি। থাক অতুদ কয়া কুইম ফমহুন লৈরগবা, কয়া অমুক রাংন কাথৎনিংলদগে মতুদি নহারোলন থওভি। অরৈব থরহুন

পেল্লবদি মৈতৈগী কুম্মৈ মশা ফগৎপ ঙাম্মোই। কৈদৌরগ ঙ্গাগোই, ইশৈ, সাহিত্যনচিংব কলাশিংসি চাওখৎপৈ মথক্তু অমুক হেন্না চাওখৎকদগে হায়বসি লৈবাক্কি মচীন তোংব মীওইশিংন খনবিগদৌব ৱাফম্নি।

তাইবংমীন সবুক থল্লগ, মযুম মকৈ মফি মরোল লৈরগ পেমব ঙমদে। ফজ্জব ইশৈ তানিংই, ফজ্রব লাই, চগোই য়েংনিংই, ফজ্জব লাইরিক পানিংই; ফজব খোৱাংব ফজ্জব উৎনিংব মীগী মহোশানি। ফজ্জব হায়বসি কলাগী মথরাংনি। ফজ্জব করিনো? ফজ্জব হায়বসি চুংকিরাল চাববুনি। মী মীগী মিৎয়েং মতুংইন্না অকায়ব অশোইব য়াওদব, চুং কিরাল চাব অচুম্ব ফজ্জব হায়রগ খঙনবতু থব থব খেন্নব উই। খেন্নরিবদি মীশিংতুগী মমিৎ মান্নদবননি। খেন্নব থর লৈরবস্ু ফজ্জব ওইহল্লিব মগুণ শিংতুগী মরক্তু মীয়াম্না য়ানব Highest common factor গুম লৈ। মীয়াম্ন য়েৎনদন ফজ্জ হায়ব য়ানব গুণশিংতু মতম অমম্তুং মকমগী মথা পোল্লি। ইজপ্ত্‌ক ক্লিওপেত্র, মোইরাংগী খোইবী, গ্রীসকি হেলেন খোয়ন কজ্জবতু ভক্তিক লগী মিৎন ওন্নবদি চাংতু হন্থব য়াই। ফজব ওনবসি মী মীগী মিৎয়েংন লাপহনবতু য়াওহন্দন Impersonal ওইব mathematical formula ন ওন্নব পাম্ব mordern critic থারক্রে। অরিব কাংবুন কজ্জববু যন্ত্রগুম্বন ওনবসি কয়া পান্নদে, যেঙ্গাংগী মহাওবু মসলা, থুম, থাওং, ঘী মথোং, মমুনগী formula ন ওনবকরি কান্নদগে? অঙাংপোত্তি চাতুন য়েংলগ খঙগনি হায়নিংই। ওন্নব অফব যন্ত্র

নত্রগ formula শুম্বনস্ন মশুনব, মী মতিক চাবগী মোতস্ন মতাব কৈ। ফজব ওনবগী রাতু মতাংসিদ নৈনগদব নচ্চদে. পঞ্জবনি।

Fraction গী Simplification চুম্ন তৌরগ কোন্স তাবহু য়েংবদ ফজখ্রে। সেক্সপীয়ারগী "King Lear", বিথোভেনগী ৯ শুব সিফোনী, লিওনার্দোদা ভিন্সীগী "The Last Supper", রবীন্দ্রনাথকি গীতাঞ্জলি, মৈতৈগী জগোইবাস ফজবদ হায়নরবনি। মথোয়াসদি ভগ্নাংশ লাইহল্লগ কোল অচুম্ব তাহনবহুগুম উংপ য়াব অবাইব থবক নত্তে। Lear ন মুংশিজব মচানুপী ২ ন মডোন্দ নুংশি কৈডব তৌবিমল থভদব, নিংথৌন অহল ওইশিল্লক্লবদ চাকনিবদৈ হেন্ন ভিডম ফংচিল্লক্লব, নোংনম্ন মুংশিংনস্ন অয়াম্ব মরুপ মপানস্ন মডোন্দ য়েংথৌরকপ, হন্নু হুন অফ ফত্ত মশক থঙলক্লবনচিংব তাইবংমীদ তাব য়াব দশা ফজখ্রব শৈরেংদ তাহনব পাহনবহুদি জ্ঞান লৈব মী খুদিংন পুন্সিগী কোল তারে, অঙ্ক চুম্মে হায়দব ওয়াই। কলা অতৈগীস্ন অচুমডাই, ফজব হায়ব'স অহ্ববগ অস্কানি। তাইবংপানগী মাম কলাদা চপচান তাহনগদব নত্তে। কলাগী অচুম্বস্ন তাইবংপানগী নিয়ম ইনগদব নত্তে। লিওনাদোন য়েকপ যীশু খৃষ্ট অমস্নং জুদাজইস্কারিয়টু তাইবংপানগী অশেংবহু মান্দব য়াই, মাগী কলাগী তাইবংপান্দদি Simplification হু ফজন চুম্মে, তিন্সিল্লিব নত্রগ থাঙদোক্লবিব fraction শিংগী denominator মাইকল্লগ মথক্ত চুম্ন তিনশিন্নরে নত্রগ থায়দোক্লরে। খৃষ্টন মরুপ মপাংশিংহুদ—"নথোয়গী মরক্তগী কনানো অমন ঐবু য়োল্লে" হায়বদ ময়ানহুন উংলকপ মাইথোং, জুদাজগী

মিৎয়েং অমসুং খৃষ্টগী য়াবিদব, মবুক তপ্প মতৌ চপ চাম কোন ভায়। অসোমদ শাংদোকচরয়োই, শম্ম হায়জনিংইবদি ফজবগ অচুম্বগ অম্মা ওইন তৌই। কলাগী ফজব নত্রগ অচুম্ব হায়বদি তাইবংমীগী মঙ্গল ওইনবগী মশক্তি। মসিন মীবু মুংডাইহল্লি অমসুং চাওখৎহল্লি।

তাইবংপান্দ উনবিব মশৌশাগী ফজব, হৈ হৈ, নুপামচা মুপীমচানচিংবগী শাক্ত কুইন থাংদে। থম্বালন কয়া কুইন ফজন শাৎপগে? মশৌশাদ ফজবন কুইন চৎতবসি তাইবং মীন পেন্দে। মরম অতুন তাইবংমীন মথল মথা অয়াম্ব কলাগী পান্থৈন ফজব তুংখৎনরিবনি মতম কুইন হিংনব। তাইবংমীন ফজব পাম্মি, ফজব উৎনিংই। করি মরমগীনো থডদে। মীওইবগী পীথা-রকপ হায়বতু ওইব তয। মী কাংলুপ অমন প ম্বন, য়ে কখৎলম্ব কলাতু য়েংনরগ কাংলুপ অতুগী চাওখংপৈ পাদম অম থডনব য়াই। মৈতৈ জগোইগ লৈবাক অতৈগী জগোইগ চাংদম্নবিয়ু, দূর্গাপূজাদ বলি মুমিত্ত নেপালীশিংগী জগোইগ কোম্নব ইশৈ পুহ্ মৈতৈ বাসক চাংদম্নবিয়ু। হিরম অতৈগ লাইবরবমু জগে ই-ইশৈ লীলান চিংব কম্মাদদি মৈতৈ ঐথোম্ব পডলাই লাইরদে। লৈবাক অসিদ পোক্লম্ব লাইবক কৈ থনাবিয়ু।

সেক্সপীয়ারগী হেমলেটন নিংথৌ ক্লাউদিয়সবু লীলা উহল্লগ কমদৌরকপগে য়েংনীংথ। মান হায়খি, "Wherein I will catch the conscience of the king". মতৌতুদগী নিং-থৌগী থমুংতু এ ফাগে। মতৌ অতুম্ম উপন্যাস ইব জেমস্ জোইসন হায়খি "The function of art is to recreate the

conscience of the race". ডাক্তর রাধা কৃষ্ণন্না হায়খি, "Drama created the conscience of the age. We cannot make people good by act of parliament". তাইবংমী হায়ব জাংসে অয়াম্বন মপান্দ অম উৎলগ থৱাংদ অতোপ্পা অম থনব য়াম্ন তৌনৈ। উপন্যাস্ত অইব নিপাম্না মাগী নিপা নত্রগ লুপী অশেম্বতুগী থৱাংতু শেংন তাকথোকপন পাবদ ভাব ভাব লাই; লৌলাদদি থৱাংগী ম্নাতু অয়েংব মীন নত্রগ অপাব মীন ম্নান অমসুং তপ্ন থওলকই। লৌলান যুগকি থৱাং শেম্মি। বিধান সভান মী ফহনব ঙমদে হায়বসি ফজত্রব ম্নানি। অতুগ জোইসন হায়ব কলাগী মথৌদি জাতীগী থৱাংতু নৌন অমুক শেম্বনি হায়বসিন পাদম ওইন লৌহুন ঐথোয়গী কলাশিংন জাতীগী থৱাংবু কয়া ফত্রন কমদৌন শেম্মবগে হায়বতু য়েংব ফন লুংঙাইনি। মৈতৈগী থৱাংবু কমদৌরি য়েংলগ মৈতৈগী কলা মথৌ কমদৌন পাংলি হায়ব হায়রপ থওনব য়াই জোইসকি ম্নাতুবু থাজনরবদি।

হৌজক মৈতৈ লৈবাকসি হায়দগী শেৎ, চাব, য়ুম্বান কৈবানদি ফব হেন্সংলে হায়ননি। অতুগ পুকচেলদি, থৱাংদি কমদৌনরি? লিংজেল ম্নাংনরে, লম্বী লমথাংদ অশোনবদু অকনবন ফুরিবদ থাম্ব কিনরে; নহারোল সুংশিব থগুদব, মীগী মকোক থুগাইব, থাংন থিনবদ হলেংদব মশীং হেন্সংলক্লে; নমথাক লোনম, শেঞ্জা থুমঞ্জা, মীচং মীথায়, অচান অরাই নাইব, মতিক লৈবন লৈতবশিংবু ওৎপ নৈব হেন্সংলক্লে। ধর্ম্মন লৈথা তারকপ, অচুম অরাল অফ ফত্তগী ম্নাথল খোশানরক্তবসি অশেংবনি হায়ব অয়াম্ব মীন ম্নানিংগনি। মসিগ কলাগ করি মরী লৈদৈ? কলান মথৌ

তৌদবনি মসি তারকইরা? মসিন মৈতৈ কলাদ করি মখি তাহনগনি? জেমস জোইসকি মরাক্তু থাজরবদি ঐথোয়গী কলাশিংসি মথৌ নিংথিনা তৌরমদব তায়. কলান মৈতৈগী থৌনং ফগৎনব শেমগৎপ ওমত্রে। মসি লাইবক থীবনি। চাওখৎলম্বী চিংদোরিব কলান রেলথোঙদৈ নাম্নহন তারিবসিগী মরম করিনো মৈতৈ মচা খুদিংন থম্নব চুৰ্ম রানি।

মৈতৈ ইশৈ, জগোই, লীলানচিংব কলান শেল ফংনব, ধৰ্ম্ম শন্দোক্নব, মশাগী ওইজ ওইথক ফংনব, মযুম অম পানব ফংনব, অঙম অথৌন পেনবিনব নত্ত্রগ স্রাদ্ধ লিংখৎপ লাইরবইমুংদগী কি অমদি শেল থর লোথোকপ রানব হোৎনব নত্তন তাইবংমী শূদোক্নব থমুংদৈ কোহ্লিং কোক্নব লাক্লিবিরিত্রা? থম্বহন অমুক্ত রে'বিয় । ঈশ্বর (ধৰ্ম্ম), নিংথৌ, অঙম অথৌন শোগৎপিহন কলা চাওখৎলকপনি। হুজিক্তি কলান মীচমগী কনবসু তৌবিব য়ারব গণতন্ত্রগী যুগনি। হুজিক্তি কলাগী মথৌদি মীয়ামগী থনুং শেংদোকপ ওইত্রবাদি অওকপ কলানি হায়বিংভম থোক্তে। আমেরিকাদ নেগ্রোশিং সিভিক রাইটস ক'খ্রে, মৈতৈগী কলাসু চোপ্ন থম্বিব চুমদ্রে। পোৎ লৈনব চেগী শেলদ কলান নপচব, ধৰ্ম্মগী মীনাইগুম মতুং ইন্দ্রবদি মপান্দ থোকপ রাদব, অঙম অথৌ অচৌ অশাংদ চারোল তৌনব ওক্তবী কিজেৎ কলাদ শেৎচিনবিব মীচম পামদে। কলাদি মীয়ামগী মরুপ ওইগদবনি, মীয়াম কলাবু শেমগৎকদবনি কলান মীয়ামবু শেংদোক্কদবনি।

জেসলী ফীদলরন মাগী Shakespeare and Paradox of illusion হায়ব রচনাহুদ ইথি: Art is a trap, the

mouse trap — "a miching matlecho" that promies to amuse us with a lie ..and shows in its unforeseen truth ourselves caught in the compulsive pattern of the fall. কলা হায়বসি লাংনি, উচী ফানব লাংবো। ওফেলিয়ান মাগী লীলাহু য়েংলগ হেমলেটু হংথি, "What means this, my lord?" করি হায়রিবনো সিবো, ঐগী ইডো? হেমলেটন "মিচিং মেলেচোনি, অওকপ থবক নত্তে" হায়ন খুমখি। ওইদব রান ঐথোয়বু সুংডাইহনগে রাশকপ— অহুগ অমুম থোক্লব য়াই থউদব অশেংবন ঐথোয়হুম নমহুন লাংদ থুরব। মসি Tragedy গী লাংনি। মাগী মতৌ য়েংগে উৎপ হেমলেটন শান্নহনবদ লীলাহু উরগ নিংথৌ ক্লাউদিয়সন হায়খি, "Give me some light". মৈরা অম পীয়ো হায়ন লাওরগ লীলাদৈ চংখি মাগী কাদ, হেমলেট হাংনব থৌরাং থনখি। হেমলেটন মথুড়াবু হাংনব, মথুড়ান হেমলেটপু হাংনব অরোনব, অফোংব থৌরাং কয়া কলা ওইন, মহারানী অমসুং প্রজাশিংন ফজন উনব, উংনখি। মমৈদদি কলাকার অনীমক ওইদব লাংদ থুহুন শিমিন্নখি, উচীন ভা মচেংকি লাংদ থুহুন শিবগুম। মসিদৈ কান্নব পাউতাক হায়বরু কলাম কলাকার অমসুং ভাবোক অনীমকপু ওইদব কলাগী লাংদ অওইব ওইন থুহন্দুন হাংপ য়াই। মহু থোক্তনব ঐথোয়ন চেকশিনগদবনি।

কনান ইঙ্গিং জগোই শাই নেকটাই হাপ্প রৌগুম্ব শরেং অচৌবগুম্ব ফানব। ফারব মতুংদ মনিং থুংলবী জগোই শাবী অমসুং কলা পান্নব নেকটাই কলাগ থাইনখ্রে, অতোপ্প ময়ুম

অম পানখ্রে। ইশৈন থরাইনি হায়রম্ব হায়রম্বী কনান শেল ফংলগ লোইরে হায়রকুন শেলগীদমক ইশৈবু থোংবাল্দ কুমহনব বেরা লৈতে। লীলা য়াওরম্ব আর্টিষ্ট কয়া মীতৌ ভস্ব হৈরব মতুংদ নোংমে বেক্ষ মেনেক্সর শাম্মুন বেঙ্কতৈ লুপা থাওজ্ঞাও ১ লৌখ্রগ তোকথি, মীয়ামগী অমদি কলাগী ওইনিংব ফিভম ওই-মহৌ হায়খি। ধর্ম্মন, রাজনীতিন, দোকান্দরন ইনাক খুনব কাংবুন, সাবন শাবশিংন মপোৎ চংলগ লোইরে হায়রকুন কলা কয়াবু মঙক অচেংবদ মেৎপিব মীয়ায় উনরি। কলাবু মনীংমথা ভমহন্দব মীয়ামগী থম্মুং শেংদোক্নব শিজিম্মদব, মীয়ামগী মরল ওই-হন্দবসিদগী কনপদবদি নহারোলনি। কলান মশাগী অমস্তুং মীয়ামগী ফনব Propaganda তৌগদবনি, অতৈন মাবু খুংলাই ওইন Propaganda তৌনব শিজিম্মবদ কা হেল্লবদি মীয়ামগী ওইজদে। কলান মতিক মগুণ চাওন লৈবনিন atomic energy ন পৃথিবী মাংনব শিজিম্নবগুম শিজিম্মরবদি অচৌব অমাংব থোকপ য়াই। মীবু মী ওইহন্দ্রবদ অতৈন কৈদৌনগদগে।

Art কিমফমক Art, পুন্সিগীদমক Art, Art অমস্তুং Morality নচিংব ব্লাকমশিংসি থর অমুক নৈনরবদি শাংদোংক-মনথিব তাবন শুরাইদ লোইশিঞ্জরে। নহারোলন কলাগী মীনাই য়োংহল্লিং লৌথোকপিয়ু। থুকমজরে।

---

# পুক্লিং নুংঙাইনব পাম্বৈ

তাং ১৮—৬—৬৬ হুংদ পোরোম্প্যাৎ Nature cure trainee শিংদ পীরো হায়ব ভাষনগী রা মচং, নোং চুমনবন মৈ-থোকখিব।

মশা শেংব অমাম্ব মীগী পুক্লিংন নুংঙাইব রাখলদ ইরোইহুন ইরুপ্তুন শাম্নব পাম্মি। মঙলানগি লীলা, সিনেমা রারীদ অয়াম্ব নহারোলন পাম্নরিব, নৈনরিব মরম অহুননি। অহল জ্ঞান য়াম্ন তারব জাৎন্তি নহারোলন পাম্নব নুংশি—নুংঙনগী মঙলাম্দুদ ইরোইব তম্লি, কাম্নদে লোক থুংনবনি হায়হুন। কাম্নব অমদি পুন্সিগী ফজব উৎপ রারেং. শৈরেং, লীলা কলাদদি অহল-লোনস্থ থরাই য়াওই। ধর্ম্মগী দর্শন য়াওব ইশৈদ অর্থ থঙফাৎ-ত্রবস্থ রাধা কৃষ্ণগী নাম য়াওন শকপ ইশৈ তাবদ তাইবংপান্দ লৈব নুংঙাইরক্তুব অহল লমনশিংন লাইন মপি তাব ওম্মি। হৈনব পামজব থবক্ত রাখলদ মী পূম্নমক থবক হেক শংবদ চোং-শিল্লি। তাশ পায়খ্রবদি চাক লাম্ব কাওব, মমিৎ উইশিন্দুন তূম চংদব নহা কয়া য়ামখ্রবনো! তাশ হেক উবদ মচিন্দু কোঙ্গোল কাবমথৈ ঙাংবদ পেন্দব অহলস্থ কয়া য়ানখ্রবনো! ফন মাংলবস্থ লৌরক্লগ নুংঙাইনি, মাংথিবশিংহু ইরাই লাইন হুক্কিনগনি হায়বগী রাখন্দা জুরার শাম্নবশিংন তাশপু, অঙ্গা মরূ, লগাও লাইয়ুম্নু তীঙথাক্কুম কাকফৈগুম তূক্কচনদে। য়ু ভোইন ঙাওরুবদৈ মশা ফন শোক্লে, অকাইব লীচৎ কয়া চৎলুহুন ইকাইব ফন ভোইন

নংউরবনি, অদুবু মাগী নেশান পীব ঙহাক থুংঙাইব, অয়া অনা ঙহাক কাওহনবদু পাম্বন অমুক হেক্তে থকউই। মসি পুক্নিংন থুংঙাইব পামজবদৈনি।

ক্রিষ্টোফর ফ্রাইন ইব "A Phoenix too frequent" হায়রব লোক্লিংব লীলাদুদ দাইনেমিনী হায়রবী সতীসি শিখ্রব মপুরোইব ভিরিলিয়সকি কু মনাক্তে ফমদুন মতুং ইনথ্রবি হায়রদুন মোঙভমদ লৈথিব হুম্লি থুরে, করিমত চাদ থক্তন। মনাই থুপী ছটুস্থ মবেম্মগী মতুং ইনগদ্নি হায়রদুন লৈমিন্নরে। অহিংবন চাক লাম্ব, তুম্লিংব, থাংবমুক লোক্লিংব লৈতে মথোয়নীন শাব রারোদু ঙাবদ। চরা হেন্দুন তুমদদুন রাদুন শিগে লেপ্লবী অনীদুন শিব ঙম্নব থব চাসিরা, ঙহাক তুমসিরা হায়রদুন শারকপ রারো ময়ায়দুদি চুম্ন লোক্লিংব নক্তে। মমৈদ টাউন ঙাকপ চৌকিদার টেত্রিয়স ক্রোমিস লাক্তুন রারো শারগ থুংশিনরে, চাক চামিন্নরসি য়ারে। চাক লৌব চংলুবদ চৌকিদারদুন শংলিব উদ য়ানব মী অশিব তক্লকি মমুংদ অম মাংসন্মে। চাক চামিন্নরব মতুংদ ক্রোমিস্ন ঙম্মে শানৌ সতীদুদ "ইবেম্ম ঐহাক্তি হয়েং শিব ঙারে, মরমদি ঐন শংইব অশিব হকচাং ও কি মমুংদ অম মাংখ্রে, মদুং শিরব ঐবু শিয়ূ হায়রনি। অমদুন "অদুদি পাম্মুব, অশিব হকচাং অমন হেক্তে শিল্লুব য়াগদ্রা ?" মদুদি য়াই ইবেম্মা হায়রদুন মপুরোইবগী কাম্রব অশিব হকচাংদু অহিংব মাবু কন্নব পীথোকখ্রে। মথোয়নী লৌন লৈনখ্রে, অশিববুদি অহিংব থুংশিবন হেন্ন কৈ হায়রদুন। লাইনা পক্তব পুক্নিংন মতম কুইন অশি অনা, থুংঙাই-ঙব রাথল থীন্দুন লৈনিংদে।

হকচাং মুংঙাইত্রবদি পুক্নিং মুংঙাইব য়াদে। অনাব মীনা ঙাংব লোন, ইব য়ারেং শৈরেং য়েৌন ফজব ওমদে। মশা ফরিব, খিং খিং লাওরিব অঙাংন চেন চোংতুন শাম্নব, লাওব খোংব তাবদ কিগল্লব, লাইথুং কয়া পক্নব অহলশিংন পংঙাংদ ঙাংই। অঙাংগী নহাগী মশা ফবদৈ থোকপ ইচং থৌব, থৌনাগী থবক কয়াতু অনাব ঐখোয়গী হায়রবদি অহল লাইনা চুম্বা ঐখোয়গী মিংয়েংদ তৌব ফত্তব, তৌহৈদব থৌরম ওইন উই। উ য়াংন কাব, গাড়ী কয়া খোব, লাক্ল ফানব, লম্বীদৈ মী মচা চিংব, মীঙাংন্দ থাংন খিনব......অসিনচিংবসিন অহল ঐখোয়দ কোক ঙাওহল্লি। ইংলিশ নিংথিন থডভ্রিব ঐগী অঙাং অত্তোম্বন সিনেমাদৈ ফারকপ ইশৈ "মী লেদী, আই লভ য়ু ——" হায়দুনা হেক্লুন ময়াম্ব মমা অমসুং ঐগী ইমাংদ শক্লবদি ফজহুন ঐখোয় ইকাইব শংনদে। ফন লাইরিক ইরব ঐখোয় অনংশিংন ওম্মুদনা ইশৈ শকপ, জগোই শাব, শাম্নবনচিংবদ ফজরদু য়েৌব ওমদে। "লম্বোই চাগেরা অহনবা?" অতনবন "অথেকপ্রাও?" হায়না খুম্মি হায়রবতু মশা খিংবশিংন কয়া নোক্নিংব য়ানো!

সমাজদ থর হন্নব থাক্ত লৈব, ইমুং মমুং লাইরবনচিংবন তাইবং মীবু মবুক্নিং কয়া মুংঙাইহন্দে লৌশাং ওইন। অতুবু মশা কব মথৌনা লৈব মীদি ফিভমতুগ শীংনতুন মুংঙাই য়াইক-খংনব লাক্লবদ অকনব লান থেংনতুন মুংঙাইতব কাওব ওমই। দোকান অমসুং পোৎয়োনবী পুম্নমক্তগী পংশোত্ত শোৎতুন হিংব য়াওই। চাং নাইন অমুক শিংদোক্লবদি তোলোব থরদ চাব মীন শোৎপ পুব হৈবন মচা মনাও কজন থাকপ ওমই। মরূপকি শেল পুম

পায়রগ কা হেন্ন চাদিং ভৌবদৈ শিঙ্গংপ ভমদত্নন ইজং মাংব, মীন থীন নোক্লব ইকাইম্নন শিদোকথিযস্থ ভাথি। শিবমক্তি কভে, ভম্ননব লৌশিং অমস্থং মী শুমহংনব শক্তি শি'জিম্নব তম্ব কৈ।

নিপা অমবু, থাইনা, নিংথৌ অমন মথম্নাই হাংপগী দশ্তি পীর্নম্মি। শি' তনব নিপাত্নন য়াম্ন ফজন ভমদৌব মাম্ন হায়রম্মি, "শ্রীযুং ইবুংভো ননাই ঐবু কুমসিদদি হিংহনবিখো নোংমৈ শি-জগে।" নিংথৌন করিগীনো হংবদ নিপাত্নন "কুমসিদদি ননাই ঐন হৈন্নব ইথৈস শ্রীযুংকি কান্নবর শিজিম্নরমথিগে" হায়থি। নিংথৌন করি নাংহনো হংবদা নিপাত্নন হায়থি, "শ্রীযুং'কি শগোল কাক্লত্ন পাইব তথিজগে, চহি সিমদদি শুকশোই শোইদন হৈন।" কুম সত্ন মাবু হাংলগ থোইন কান্নদোব লৈতবনিন নিংথৌন মাবু চহি ১ শগোল পাইব তম্বিহনথি।·নিপাত্নগী মরূপ অমন শগোল পাইবগী মরমদ ম্নরী শাবদ মহাক্ল হায়থি, "চহিত্নগী মনুংদ নিং-থৌত্ন শিথিব ম্নাই, ঐহাক শিথিব ম্নাই, শগোলত্ন পাইব হৈথিব ম্নাই নত্রগ শিথিব ম্নই কনান খঙনি।" মাগী লৌশিংত্ন ঐথোম্নস্থ শিজিম্নব চুমই, মুংভাইতব ম্নাসিদি য়ারিবমথৈ য়ৈথোকপ কৈ, কনান খঙনি তুংগী ম্না, পৃথিবীসি মৈথু ওনথিব য়াই, মুমিং মুং-থিব য়াই। ফত্তবন য়ারিবমথৈ য়ৈথোক্লগ, অক্ববন চাকশিনব ভাম্মিবমথৈ হায়ত্ননস্থ ভা থোংবত্ন মুন্দ্রিবৈদ চাবিগু।

নিংথৌ পানব লৈবাক্ত নত্রগ শেঙ্গাও পান্নবন শোগংপ গণতন্ত্রদ লাইরব মীগী কিতম পাক হেক ফগংপ য়াদে। অম্নাব মচান থর থাংথিব তায়, তপ্প তপ্প মুংভাইম্নকথিনি ত্নংদ নত্রগ মপোক্লদি। ধর্ম্ম কাম্নব ম্নাদে, সমাজ নীতি থৌশাদব য়াদে।

ঈশ্বরবু থাজব ত'য়, অয়ানব তৌদ্রগ, অয়াব থাংহুন 'থিংতম পেনব হৈরগ হয়েং মপোক্ত মনা চাওন ফং'নি হায়ব থাজব তায়। কবিগী পেনব হৈব শৈরেং, বৈষ্ণব ধর্ম্মগী "তৃনাদপি শুনীচেন, তরোরপি সহিষ্ণুনা" নাপীগুম্ন নোমুক মীন নেৎপ তাহুন, উপালগুম্ন অথাং কন্দুন— — কা হায়বতু থাজব, হয়েংমপোক্ত মরম ওকপগী মনা পী'বনব ঈশ্বর লৈ হায়বনচিংবসু থাজব তায়। অতু ওইরবদি থর নংব হু'জিক হুজিক কিভম চাদন লৈবশিংন লুট তৌগে, লাল হৌগে হায়নরোই, অরা অনং থাংব লাইবক্লনি হায়হুন হৈনরকপ য়াই।

স'ম্যবাদ (Communisim) কি গুরু কার্লমার্ক্সন হায়ব "Workers of the world, unite, you have nothing to lose but your shacles". লিংজেল মায়ো, লাল হৌসে, ঐখোয়ন মাংগদবহায়ববু লাইরবগী খোংজৌসি নত্তন করি লৈ? "The end justifies the means" মহৈবু ফরবদি পাদৈগী বেরা লৈতে — থাং-তেন থওদে মুংহুম থওদে অকব মহৈগীদমক শিজিন্নব ইন্না য়াইনচিংব রাহুমক্তি মতমসিদ থর মতা চাব রাংও কনি। মেচীনগন ইনাকথুনবৈ অমন খৌমী মুংহুম থাংতেক পায়ব লৌশিং পাব ওমথিনি, থাইনৈ ক্লশকি ফিভমতু লৈত্রে মরম অসিন মতমগী ফিভমসিদ থুংলাই পায়হুন লাল হৌববুদি সমাজবাদকি ফিভম নত্তগ "Socialistic pattern of soceity" তপ তপ আইনগী মত্তেংন পুরক্লব লাক্লবদ য়াওব কৈ। মী পুম্নমক লৈ-রাকি লনসি শেনথুং মাম্নন মত্রগ চাওরাক্ল মাম্নন য়েন্নদি হায়ব

য়াগসিস্থ ফন মুংঙাইব জাংনি। তাইবং মীন হিংনরিবসি রাগদ হিংনরিবনি, য়েঙ্গাং হাওবিত্রবস্থ, ফিরোল কয়া য়াখিত্রবস্থ মী পূম্নমক ফিভম চাওরাক্ত মান্নরকখিনি হায়বগী আশাদ সমাজগী লোনচং ঙাক্ক য়ুচংপি।

রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজনীতিগী থবক্ত হৈনবিত্রগ বি-জ্ঞান্দ ভাওবিয়ু, অঙকপ কান্নরব লোং পুখোকপ ঙন্নব Atom গী মনুংদ চংবিয়ু নত্রগ গ্রহ উপগ্রহশিংদ পাইত্নন চংপ য়াওবিয়ু। নত্রগ কলাগুম্ব সাহিত্যগুম্বদ পুক্লিং লুপ্তুন মুংঙাইবিয়ু। মীভোন্দ ফজব উহনবিত্নন তাহনবিত্নন মীপোক মহৈ য়ালহনবিয়ু, নশাস্থ থবক্তদ লুপ্তুন স্বর্গী মুংঙাইব ফংবিয়ু। মত্তস্থ হৈনবিত্রগ দেশ সেবা অচর তৌবিয়ু, খোংবান্দ কবোকং লেংবিয়ু, লম্বীদৈ চুগুম সম্বীনচিংব খুন্দোকপদ মুংঙাইবয়ু। লাইয়েংবৈ থবক্ত হৈনবিরগ Naturopathy ন ওইরবস্থ allopathy ন ওইরবস্থ Homeo-pathy নত্র ওইরবস্থ মীভোন্দ অনাবমথৈ ফনব লাক্লবিয়ু। লেল ফংব ফংদব থিবিদন সেবাগী ভাবত তৌবিয়ু। মতুংদ অমুক অনাবত্ন নারক্তনব তাকপিরম্মু, লেল অমুক লোনব লাইনা অতৈ থিহলহৌবিয়ু। Naturopathy গী লাইয়েংসি কৈ হায়গত্রা কত্তে হায়গত্রা অনাব অম য়েংবিরম্বদৈ মতুংদ অনাবত্ন মহৌশাগী লীচং থঙহৌত্নন কয়া নাগন্দে। অনাবৈদি কান্নরগ মাইব ওঝাত্নগী লেলফং থর লিংলি। লিংচসম্ম তাইবংমীবু লেলদগী হিংগত্রা? Allopathio Doctor শিংন লেল য়াম্ন ফংবত্ন থক কল্লকপিরক্নু, মখোয়ন লাইয়েংবিনিংব মীগীদমক চাদিং ভৌনব তাল্লিবনি।

ডাক্তর অমন অনাব পুন্নমক্তি ফহনব ওমদবনিন, মতিক লৈব মীবু কনগদ্রা, মরীমত্তাবু কনগদ্রা। নত্রগ শেল য়াম্ন পীব ওয মীবু কনগদ্রা। হায়বনচিংব য়াহংন মখোয়স্মু ত্তাওরিব ত্তাংনি। ইঙ্গিনিং য়ারনচিংবন লম্বীদৈ শেল য়াম্ন থুনবস্মু কল্লকপিরম্মু. সরকারগী নত্তব লম্নাইগী লম্বী মশান শেমজগদব য়াম্ন লৈহুন তৌরম্ব য়াই। চাওর চাওরব অঙ্গে, ইম্নাক থুম্নব মহাজন মখোইন তাল্লিব শেলছু ঐখোয়ন শাওরুব য়াদে, মখোযন শিবদ পুথিদোব নত্তে। পাম্নব হৈতব শিঙ্গিন্নভম থঙ্গদব ঐখোয়ন পায়বগ ফংলোই, অরেম্বদ মাংখিনি হায়দন তৌখিবিবনি। মখোয়ন পুম্ন পাম্নগ দান কয়া তৌরকইব, হাসপিটাল, স্কুল, লীলা অমস্তুং কলা অতৈ উংনব শংনচিংব চাওথংবৈপ মচাক শেমগৎ শাগংপদ শিঙ্গিন্নরকপ য়াই, চাক ত্তাংবদ, ঈশিং চাউব্দ অন্নাব অনাবশিংগী মতেং কয়া, ভিক্ষা কয়া মখোয়ন পীবিব্রিবনি।

হকচাংগ যন্ত্র অতৈগ থেন্নব হায়ববু হকচাংগীদি মথন্দ অতেক অকায় শেমজরক্লব মিস্ত্রী নত্রগ মাইব লৈজে। মাইবত্থুগ অতেক অকায় শেমজরক্লব মিস্ত্রী নত্রগ মাইব লৈজে।

ডাক্তর অমন অনাব পুন্নমক্তি ফহনব ওমদবনিন, মতিক লৈব

অচৌব মী পুম্নমক অহুম্ন তৌবৈ। গীতাদ হায়ব কর্ম্মযোগীনশু থবক্তি মহৈং মনা য়েংদনা থবক্তিদমক থবক তৌই। হূইগী মথৈ অকোনবহু চুমথোকপ থবক অমনি। চুমথোকপিয়ু থুংনা, অমুক হেক্ত কোম্নিনখিব য়াই, য়াবিক্কশু মহৈগী থনবিশু অমুক হেক্ত তিংথোকপিয়ু— হৌ হন্ন পুন্সি চুপ্প— মতুদ থুংডাইবিয়ু অয়ান খুভম ফংনব। ঐস্‌ু অহুম্ব লাং অম তৌজরি। তাইবং মীগী অমা অনাসি নোকহল্লগ মুখংকে হোৎনজরি, [মাইপাকপ য়াই মাইথিব য়াই, লেল ফংব য়াই ফংদব য়াই, ঐ থোইন বেন লৈ- হৌদ। লীলা ইনি, ফাগি ভাংগনি অয়াব কাওব ঙম নোক্লনদ লৈব মী লেম্নি, তাইবংপান্দৈ অশি অনা, লৈত লাইরব অয়াব লোইন অতোপ্প গ্রহ অথৈদ থাখি'ন। মসি পাংনব থবক তৌনব ঐগী পুন্সিগী পান্জম্নফম্নি, পুক্নিং থুংডাইনব পাম্বৈ ঐদি মসিনি। ময়ামগীশু অপাম্ব হূই অম থল্লগ ঐদোন মথৈ চুম্নব লাক্লবিয়ু।



## Sniffs and Snubs of Women

### (In the lighter vein)

হৃক্তিক নোক্ল হায়ন য়া ওইন থয় ভাংজদৌরিব থিরমসি "হূগীন ফি ফি-কাম্ব, শো শো থুম্বগীনি।" অসুম্ন কামগনব থুগীদি মশিঙ্গাদি ফক্তগ থবক্তি ফগল্লি। মান তৌজরিবহু অতৈন থান- বিত্রগ মচীংহু কবোক পোকপঙ্গম বেক বেক কাপথোরকই।

মিংবেং ভিম্নদবন মীনোক চাংৱবীশিংসিগী ব্রা কোয় পণ্ডগে। ভাইবং-পান্দ কৱব ফুপী কয়া পোকই, লাইবিক্কী লামাইদ কয়া অমম্ব কাওনব য়াদন শাংলি। ত'ইবং মীদি 'অঙকপ জীবনি মশক মুম্ন থডব য়াম্ন লুই। মৱমদি মপান্দ মশক অম উংলি, মন্থুংদ অশেংব মশক্ক নোকক্কেং ভৌতুন কেকু লোংলি। মন্থুংদ অমম্বুং মপান্দ মশক চপ মান্নব পৃকচেল শেংব 'অচম্ব মী তাংই। লম্বীদ উবদ অতো'রগুলা'ব কৃষ্ণমূর্ত্তি মানবী কয়া ময়ুমগী ফুপাদ কমদৌই হংবদ অশেংবদি নাতোন চাবীনি, কৃষ্ণমূর্ত্তি নত্তে 'হায়ব তোয়ন থেংনৈ। অতুবু মপান্দ য়ুম্নাম হৈনৌগুম মকুন পূক্লিং হূহনবী, মন্থুংদ তীন চাগনবী চম্নু নিংডোলশিংন, ধ্রুব তারাগুম লমজিংবি-তুন পিবা ময়াম্বু ভাইবং ঈপাক্ত হি হোলহল্লি। মাইকৈ চুম্ন হোনব ওম্ব কনান বিশ্ববিদ্যালয়গী ঈথৎ লানথি, হৈফাত্তব কনা অমন লোক্তাক্ত ইঞ্জিংবিগী ইন্দ লকউই, মাইকৈ চুম্ব ওমদব অতোম্প কনান থানাগী উপুদ হোঞ্জিল্লুই। অঙকপদি পাথৌ ওইন 'পোকপ নিপান সার্ভেন্টিসকি দোনকুইক্সোটন তুলসিনিয়াগুম্বী শকহেনবী লৈম— “A fair lady to inspire me to victory” হায়ব-গুম লানঙম পক্কেং ফিম্নান পায়ক্লচো ইন্সিনবিনব নিঙোল শক-হেনবী মশীং য়াম্ন লৈহনব পাম্মি।

পাথও অমন হায়থি ঐদি ইয়াইথুং ফত্তবসিন পুন্সিনি কয়া থাজদে, মৱম অতুন ইপুন্সি শাংগৌনব ফুপী থিতুন থিম্নবদি মম্নাং ইম্ফালদ লৈরম্ব পদ্মগী সতী-কন্যাতুগুম্বী থিব ভায়, থোং-মাংন ভাইবংপান্দ ইমিং শক্লোকহৌনব। অপাম্ব থনবদবু ফংল-বদি সত্যবানগী সাবিতৃগুম্বী থিহৌ, ডাক্তৱন নংগী operation

দা শোইখিব থোক্লবসু থোঙতাক লাইরেম্বীদগী নথম্বাই নিহৌব ভমদোৌবী রাঙাং হৈবী থোনফম মেংবী, চেরিটি টিকেট যাম্ন য়োনব হৈবী লৈহাওসু অম থেংনরে হায়রুন পাখণ্ডচু ঈশৈ শকপী অম লৌথি। লাইগী নোংদম অঙকপনি, মীৰ নিংজব থৌশাবিদে, পাখণ্ডচু চহি ওল্লন নোঙ্গ'খ্রে। মাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদ চেংপাক কবোক য়েনব য়াওব পাখণ্ড অচু মমিংম খলহৌরে সতী মানবীচুন মথোল নৌথচুন। হেমলেটকী মমা গর্ক্রদন মপুরোইব শিখিব থা ২ ফাত্রিভৈদ মনাও মুপাগী মহাবানী ওইথিবচুনবু খর থীষ্টে, মথোন নৌবী সতী মানবীচুদি শ্রাদ্ধ মতুং নীনি কোনবদ নহানগী অম-চুগ চেনখি, থোঙতাক লোম য়ৌরুদ্রে।

পাখণ্ড অমন হায় মোইবাং থোইবীগুম্বী শকহেনবী, মরিল চুম্বী মুপীমচা থোকপীবু লৈরবদি স্পেন চংতুন কাও ফাব তম্মুগে আফ্রিকাগী উমংদ কৈ কপ্প, নোংশা হাংপগী ট্রেনীং চংচরুগে। করিনো চুজিক্কালগী মুপীমচাশিংসন দোকানগী পোং শিংমব মশাগী মশক্কী লৈতেংদ হোংনৈ মরমচংপুদ থোশাদে। নমিং করি কৌইদ হংউবদ শো শো লাওন ত্রৈগী ইমিং পরীক্ষাদ য়াওরকওই, ঊরাইরুমু। নিঙোলন খঙ্গি চুজিক্কালগী পাখণ্ডশিংন মহৈদি তমগে হায়দে, থকইব চারিবদি কেরোসিন থঙদে হৌদোঙ থঙদে। মরমচং লৈতব মথোয়ন পাম্মিবদি সাইরিক্কি লামাইদ য়াওবী সতী। সত্যবান, থম্ব, অর্জুন ওইন থোরকও সাবিত্ৰ, থোইবী, দ্রৌপদী পীগে।

তাইবংপান্দ পোকপ অয়াম্ব নিপান সীতাগুম্বী মুপী, হায়-রিব মথৈ ইনবী, মপুরোইবদ আত্মাসমর্পন তৌবী পাম্মী। বাল্মি কীন ইরম্ব রামায়নগী সতীচুদি মুপীগী ফিদম ওইনব ইরম্ব।

নত্রগ নুপীশিংন মহুমক য়ৌনদি ইনব খৌনদে হায়রম্মিত্রা য়াম্ন নৈনব য়াব হিরম্ম। দ্রৌপদীদি য়াম্নদি করগ মরৈ থরদি য়েংলি। চাম্মডা চৌবর শান্নবদ দ্রৌপদী থাখ্রে হায়তুন দুশাসন্ন চিংহুন পুরক্লবদ মহাক্না হংখি "ধর্ম্মরাজ, মঙান হান্ন থাদোকপিত্রা ঐবুন হান্ন থাবিখিত্রা ? নুপীন অধিকার তানব ৱাহংসি মুপান তাদব য়াদবগী তাবনি কয়াদি তাঙ্ক-ংদে। অডকপ পুকচেলনি নিপা হায়ব জাংকি।

চাওজনিংব, মিংথৌ শানিংব নিপাবু ৱাবক্লব মতম মতমদ মকম মফমদ মতিক চান মচীন কনবী নুপী কয়া মহৌশান অবতার ওইন পোকহল্লি। সেক্সপীয়ারগী "The Taming of the shrew" হায়ব লীলাহুন মপান লাকপ য়াদবী কেথরীন্দ হংখি। "কমদৌই নিপাসে নুপীমচা ?" "ঐবু ওঙ্খাই অম ডাওব ডাকুসিদ কবম্ন লৈদগে পাবু ?" মতৈ ওতানংহব পেত্রুসিওন খুম্মি, "পাবুং লমখুনুগুন্ন নোল্লুকপী, অযুক কুম্ন মেংলবীস ননাই ঐগ য়ানজরে, ইমানী নোংমাইজিংসিদ লুহোংগনি।" কেথরীন্ন খুমখি "ঐদ নেংমাইজিং নু মত্ত নংবু থৌরান য়ান্দুন শিরম্ব উনিংই।" পেত্রুসিওন, "ইমানীন ডাংনজব অমদৈঃ মীয়াম্মাংদ মান ঐবু থীন ভৌবদ ঐন শাওদব, ইমানীদ ডাইরবদি মামুক মুংশিব য়াব নুপী অতৈ লৈতে।" অউনপোং য়াম্ন পীহুন মপান পেত্রুসিওদ কেথরীন থাজ্বখি। খংনগনবী লমহেনবীহু মাতক চাব নিপান লাকপদ ভেখি। "Much about nothing' হায়ব সেক্সপীয়ারগী অতোপ্প লীলা অমদ বেনিদিক্ব বীট্রাইসদ হায়থি : নং নত্তব নুপী অতৈনদি ঐবু পাম্নখ্রে। অহুবু ঐদ কনামতব্ন

মুংশিদে। বিট্রাইসন থুমখি : নংগুম্ব নিপান মুংশিদম্ব মুপীশিংদু মবাইবক ফবনি। ঐখু নংগুম্বগ্নাংনি, নিপান ঐবু মুংশি হায়দুন রাশকপ তাদোবগী শরুক ঐগী হূইব কাক্ত খোংব তারগে। বেনীদিক্ত ওকই : মহ ফখ্রেদ', ইবেম্মা, নিপাশিংদু নংমী খুজিন মফম মমাইদ লৈতেংনরোই। বীট্রাইসন— ঐন মমাইদু খুজিন্ন খোক্তুংলবম্ব নংদোন থীবদি তৌরোই নিপাশিংদু। বেনীদিক্ত ইবেম্ম নং অতাংবী তেনর ওঝা হায়দু'ন। বীট্রাইসন ঐগী লৈতোন পানবী উচেক্তুন নংগুং শাদাইদি হেন্ন ফনি ইবুংঙো।

ফেংল ফেংলপ থোরকপগুম, মুম খিদুন খন্দুন শান্নবদে থীন থীন ফজন হায়ব হৈব মী য়াম্ন থোরকই। তাইবংদ মথোয় সি য়াম্ন উবন লাইরিক্তি লামাইদম্ব কারকইবনি। মুপাগ মুপীগ লুহোংজিবৈগুদ পক্ক-রাইনব য়েংহোদব নত্রগ য়েংবদ শোইথিবদগী মুংঙাইতন পূন্স লেনখিব কয়া উই। মতৈ মনাও খংনব চৈনবন ইমুদু মথোং চাদব, য়ুমলোম্নব অমম্নুং মন্নীমতা, কৈরোই লৈকাই কাও নাকোং রাই চিন্নৈ, থবক শিংবৈ। খংনগনব ইমুংগী অতাং ম্নাম্ন শোইগল্লি।

পৃথিবী কাওরব উপন্যাস এনাকেরেনিনা অমম্নুং রার এগু পীস ইকুবগী ইকাইখিব লীও টোলষ্টোয় মাগী মুপী মচৌন কনবী মসিঙ্গা ফবীগ ভাব তানব ওমদবগী অরাব কয়া নংথি। লাইরিক্তি মমগদু টোলষ্টোয়ন লৈত-লাইব মীযামগীদমক কথোকপ পামথি, মুম পুবী মাগী মুপীন মহ মথরাই শোক্ত য়াখিদে। থীন খংনবন টোলষ্টোয়ন মুপীদুবু শিরমদাইদ মনাক্ত চংহন্নকদু হায়খি। লমম চংপদ লৈখিদে টোলষ্টোয় ; মাগী মযুম, তীর্থ মফম ওইব

পৃথিবীগী মী কোটি কয়ান মতুংদ য়েংনহৌরিবহুদ শৈরিভৈ মহাক্তি শাস্তি কয়া ফংথিদে। অরাবনি, অমগ অমগ মিংয়েং তিন্নদব মচোং ফংনদব মতৌ মনাও। কবি কবিগুরু কালদ মুপীন মনা কাব, শো শো থুব ভাংবদগী নিপাহু কান্নথিবস্ত্র ময়াওব ভুই। হায়নব রারী শৈ, অমর কবি কালিদাস মাগী মুপীন থৌন চৈহুন তান্থোকখিবদগী কন্ন তপস্যা তৌরগা সরস্বতীগী বরন অফাওব পণ্ডিত ওইথিবনি। মুপীবু কা হেন্ন মুংশিব তুলসীদাস মতুন তান-থোকখিবদগী শ্রীরাম নিংহুন মুপীদগী হেন্ন ফজবা রামায়ন লেংথি। চিন্তামনিন রারকপদগী বিল্বমঙ্গল ঠাকুর ঈশ্বর ভক্ত ওইখি। মান মুংশিজব নিপাগী মমান থৌন চৈহুন খুবাক মথজাইদ থাথিবদগী মেদাম ক্যুরী পৃথিবীগী ফাওরবা সাইন্টিষ্ট ওইথি, নোবেল প্রাইজ ফংথি। গ্রীসকি অফাওব দার্শনীক সোক্রেটীসপু মতুন লগী লমজাওদ ফাওব থৌন চৈ'থ। নোংম ময়ুমদ মাবু মুপীন লাও থোংন চৈবহু কোইরকপ নিপা অমন তাথি। দোতালাদগী কুম-থহুন নিপাহুগ মথোয় অনা লাকমিন্নরবদ, মাগী মুপীন দোতালা মথক্তগী খুৎচুম ঈশিং লংথরকপদ চোংখি। নিপাহুন সোক্রেটীশত হংথি "মসিবু পণ্ডিতজাগী মুপীনিকো? করিনো মহাকী লিচৎ-সিবো?" Socrates না খুমথি "Shower after thunder" থাকপ থোংবগী মতুংদ নোং চুথব হৌনৈ হায়না। কয়াদ মবুক তপ্ন থনব ওমথিব, অচুম্ব ভাংব সোক্রেটীশনো। মাগী রাথলগী লৌচিংহু থোম্নব পীথিব থাংফেং মুংনি হায়ব য়াই ইবেম্থোহু।

আমেরিকাগী ১৬ শুব প্রেসিদেন্ট এব্রাহম লিঙ্কোলন, মোন্ত্রো মীনাই থাদোকপগী সিভিল রার শোন্নবদ খুদোং থীব

নংথিব, মান থাঙ্গৎলম্ব নিং-থা তম্বগী মৈরাহু য়েংহুন প্রেসিদেন্ট কেনেদী খোইন খোঙ্গুল লৌনথিব, ফুট ৬ ইঞ্চি ৪ য়াংব উকীল অহুস্থ মাগী মরৈ য়েংকনবী মশিঙ্গ। ফবী নুপীদগী লৈবাক ডাক-পগী পারা থর তমথি। ইউ এস, এ গী প্রেসিদেন্ট ওইরবদ নোংম অয়ুক মতুন শাওব য়াব ফাগি ওইব রাত অম হায়রুবগী মমাইদ কাপ্কি অশাব চাইশিনখি মতুন। মনাক্ত লৈব শেন্নব অমন মমাইহু তৈথোকপিখি। মহাক্কি তুমিন্ন তিংডক তিংডক য়েংহুন লৈখি হায়। প্রেসিদেন্ট ওইগে হায়রবদি অশাওব মী কয়া মাইয়োক্লব তায় হায়ব থডখি। প্রেসিদেন্ট ওইদ্রিবৈদ ভোলুন্টিয়ারশিংন শেল নিব লাকপদ দোলার ২৫ পীগে, নুপীগ অমুক্তদি তান্নরুখিগে হায়হুন চংখ্রগ মতুদ হায়রুই— "দোলার ৫০ দং পীথিসিরা?" মতুন খুমখি "শেলবু উদ-য়াদ পানব্রাও? ২৫ থক্ত পীথো।" মতুবু মুন্ন থডব লিঙ্কোলন ভোলুন্টিয়ারশিংদ দোলার ২৫ পীবদ হায়থি, ইমানীন য়ানরব শেলনিশে।

কার্ল মার্ক্সকি অরৈবগ লৈতবগ Class war অম শোক্লরি তাইবংপান্দ হায়বগুম্ব অম য়ুম খুদি'দস্থু মতৈগ মনাওগ লান-হায়ব্রবস্থু পাউর পাযনব friendly football match গুম্ব অম শানরি। করিগুম্ব মতমদ Ripvan winkle না মাইথীহুন Kaatskill Mountain দা চহি ২০ তুম্মুই। অয়াম্ব মতমদ লৌচৈ পায়ব মতৈ ইবুংঙোন চযহুন নুপীহু মনঙ্গন্দ চৈকম লৈ। অহুগ করিগুম্ব মতমদ শগোল লাকপ হৈরব Petruchio গুম্ব থেংনরুবগ Shakespeare's shrew থৎনগনবী Katharine থাইদৈ হায়ব ইনবী নিপাগী নুপী ওইরকথি। মহুং কন্নদন অকব

মিংয়েংদ পূম্ন য়েংমিন্নরগ মতৈ মনাওচু— মুংঙাইন পানমিন্নে।

অরোইবদ নিপাশিংগী মচুং শিন্দুন ফি ফি কামগনবী শৌ শৌ লাওব হৈনখ্রবী লৈমশিজশিংদ হায়জগদবদি নিপাগ মিংয়েং তিন্নবব লাক্লবিয়ু, ঈশ্বর নীংব হায়বসি মপা নত্রগ মতৈগী through দ নীংবন Proper chennel নি, অচুম্ব লম্বীনি মপা নত্রগ মতৈ কাল্লম্মগ অতৈ নীংব য়াদে। হুজিক্কালসিদি লম্বী লমথাংদ আফিসত, কুম্মৈ য়েংভমদ, মীয়াম তিনফমদ লাংফমগী লাংকম ঙাক্তনি; মরম অতুন নপুরোইবচু পংঙাংদ ঙাংবিচুন য়ুমদৈ লমদ থোইদৌ শাওগংম থোকহনখিন্নু, হরাগাড়ীন তকখিব য়াই য়েং অই কাওচুন, রিপভান উইংকলগুম কাটস্কিস চীংজাওদ নত্রগ কাংজৈবুংদ, সিনেম হোলদ চহি ৩০ তূমচুন লৈথোকখিব য়াই। তাইবং মী পূম্নমক্কী চাওথংনব মুংঙাইনব লাইরিক লেংব টোলষ্টোয়বু নত্রগ আমেরিকা ঙাক্লব থনব এব্রাহম লিঙ্কোলনবু ইমুং ইমুংদগী চাওখংনব থনব মতু মচুগী অথুব মিংয়েংদ লুশম পায়চুন য়েংহনব মীয়াম্নস্থ য়ারোই, লাইয়াম্নস্থ শাওনি। খুরুম-জরি লৈবাক মচা পোকপীশিংদা।

***Tongbra***



# Imphal College Student's

*Youth forum— A. I. R. Programme.*

বি ১: Youth forum হায়বসি নহারোলন য়ারী য়াতাই শাব, পুক্নিংগী ফোংদোক্লিংব য়া কোংদোকপ, করিগুম্বা হিরমদ য়েংনবা, তাম্নব য়া'নব শেম্ব ক্ষয়ব চিন্দোন লৈতোন অমনি। অমরোমদ মসি নহাবোম্সনগী লৈপুং ক্ষম্বগুম্বনি। ওঝাবু Youth forum হায়বসি লৈপুং ক্ষম্বদ শানব য়ারীছুপ করি থেম্নবগে ?

টি ১: লৈপুং ক্ষম্বদ লোম্ন শাব য়ারীনিন মীয়াম্না তাবদ মাকোং য়াই চিনগদব য়ারীসু য়াওনব য়াই। কোংন তানব য়াগদব Youth forum সিদদি খর লেম্ব, moral standard লৈব, মীয়ামগী কাম্নগদব অমসুং মুংঙাইগদব য়ারীদ থন্দুন খর নিংখিব লোন্দ Rome গী Public place তা তৌনখিবগুম চথব তায়। অছুগ ওঝা ঐখোয় খর য়াওঃ রিবসিন লম্বী চুম্ন Guide তৌনব Driver নি হায়ন লৌনৌ।

বি ১: অছুদি ওঝাশিং অমসুং ছাত্র ছাত্রী, ইচন ইচেশিং ইচিন্নাওশিং। ঐন অহোব ওইন তমজনীংব য়ারী মচা ইশাদ ভরাংদ থোকখ্রিব অম লৈজরে, মহু য়ারৌবিবদি য়াদে তমজগে।

জি ১ঃ তমখোকপিধু তাসি. পুক্লিংগী রাসিদি তমখোক্লগ অরাব ওইরে ময়েং তারকই য়েম্থোকখিত্তুন, মুভাইব রা ওইরে য়েম্নত্তুন তামিম্নবগ চাকচা হৈজ্ঞানবগুম হাওইদনা।

খি ১ঃ রাবুদি করিম্ম লৈত্তব রানি, পংতাং তাংব পোৎনত্তে। ভরাংত্তু মিশ এস্কি মতুং ইন্দুন লাইরিক তম কুমলকপদগী রারী সুম শাবদ কাওত্তুন মখোয়গী য়ুমগী থোঙ্গাল য়োক্ল:র। রারী শাব হায়ব'সিম্ম মতাং অম চাত্রবদি কোম্থোং য়োরে হায়ত্তুন চু তাওকক ককপগুম দাক ককথৎপ য়াদবনিন কোম্থোংদ লেপ্লুন ইমানী ব্রজবৃন্দাবনগী রাসবিহারী, চন্দ্রাবলী, আয়োন অমপুং রাধে বীনোদিনিগী মরমদা মরৈ মত্তেক অম য়েংনজে। মিশ এস্কপু ঐন Science কৌবী ছাত্রীনি হায়ত্তুন সাহিত্য রোমদ থর রাৎলমগনি হায়ত্তুন উংশিংলুদবদগী থোশাহোদত্তুন মান মরৈত্তু ঘড়ী চাবি থাব দোন জর জর য়েংশিল্লকপবু ঐ হুমাং কাংত্তুন থাংইদনা। অত্তুক লুরব তাঞ্জাত্তুদ মবুং কষ্টিজাওত্তু মথিঙ্গা খিংত্তুন ময়ুমদৈ একাগাড়ী সং থোদোরক্লে— "নং কনানো— হা" হংলকপবু air raid siren মুক হোনা নাকোংদ তায়। ঐনী তায়াইম হায়রম্নগ পাইরক কৌশিং লেবীত্তু ময়ুমদ গাড়ী গ্রোং থোক্লিমখ্রে; ঐ লৈহোই হায়ব থংশিন্নদনা। হনসি কদায় চংসি কদায় চওক্লরব, বাজিন লাইবক থীন পোকপিরম ঐন মবুংত্তুদ হংউই, "লখীসিবু সিন থম্মব্রা ফাওভমকা লৈবিত্রব্রা?" লখীসি কোম্থোংসিদ থম্মবনি, মতুং মনাও ফাওবকা লাক্লম্ম নং। "ঐথোয়গী মুপীমচান কোলেজদগী

থেংন থেংন কুমকই হায়বসিদি নংন হেক হেক থিনবিরকপন ওইরম তারে। গাড়ীহ মমাই লৈরো, থোকমিন্নরসি লাকও," হায়রকই মবুংন। মহুদ ঐসু থুমলে—" কদাইদৈ ঙসিদবু মতা চারুহুন তৌবনি, ঐদি লাইরিক কম্ন ওরাইজব ছাত্রনি ইবাইবু, ইহে, তাদয়াইমবু। ঐ মাইসি ঙাংশং ঙাংই চীম্ন রা পুথরুরহুন। মহুদ মান তুমিম্ন তোকখিগত্রা হায়রগ শাওরপ্রা হংলক্লে "নংন ঐঙোন্দ হুজিক ইবাই কৌথিবহু কনাদৈ লৌব Permission নো? ঐথোয় মুপীমচান নঙোন্দ অহুম হাইম্ন হায়ত্রা?"— হায়দে, ঐন লাঞ্জথিবনি রারৌবিম্নু। ঐ হাঙ্গংচরম্মগে হায়রগ গাড়ী থৌগংলে। মান তাম্নরক্লগ করি হায়বগে হায়ববু— "নং হয়েংমুক ঐথোয় কোম্হোংসি তাম্ন ইম্নরক্লবদি নথোয়গী father দা তাক্নি থঙ্গু। ঐথোয়গ নথোয়গ য়েক থোক্লৈ, খঙলত্রা? হায়রেনে। ঐ লাকচররোই হায়হুন অহুম চেলক্লে। মরম অসিন উংশিং-তব ঙাওশিম্নব হাম্নব Habit অসি তথিরুমু লৈবাকমচাশা —তীন্নাইথোম্নী চুবদোন হকচাংসি হাক্কজবনি।

( ময়াম্ন খুবাক খুই )

টি ২ঃ পুক্লিংগী রা কোংদোক্লবদ ইবুঙো ইবেম্মথোয়, অহিংব মীদ direct Hit তৌনমুকো খংনরক্কনি। Indirect ওইন মাবুনি হায়ব প্রমান লৈহন্দন ঙাংনব ইনবদি সাহিত্যন allow তৌই। মীগী মিংচং মাংহম্নব aim ওইহুন ইব নত্রবদি, General interest কিদমক্তি, ইনিংব ইবগী ঙাংনিংব ঙাংবগী অধিকার মী খুদিংমকী লৈ।

ঝি ২: ঔঝা, ঐস্মু লৌজনিংব থৌদোক মচা অমা লৈরে, মসি ময়ামদ হুজিক তমথোকহৌদ্রবদি ঐবু হোরেল চাক চাবদ থবাক য়াম্ন ফুঞ্জব তারেদা।

টি ২: Yes come on— youth forum হায়বসি থবাক ফুন্ন ফনবনি, লৌয়ুনে লৌনিংব ঋারৌ।

ঝি ২: ঐন ঙসি লৌজদোরিব ঋারৌ মতেকসি অহিংব মৌগ মরৌ করিমত লৈজদে, করিগুম্ব মতা চারুহুন মাম্নব মচেং থর য়াওরম্ব থোক্লবসু accidental নি, intentional নত্তে হায়ন থনবিযু। ঙবাং মুমিদাংঋাই মিশ A গ মিশ B গ District Library দগী লাইরিক অমমম ঋাইরগ ময়ুমলোমদ একাগাড়ৌ অমমম থৌহুন পরপ পরপ হঞ্জরকই। ওস্থার শক তাথংখ্রব সিনেমা ফুরিং লিংপ Mr. Y কোব ছাত্র অমন একাগাড়ৌ অম কম্ন থোহুন লমজেন শিংনরক্লে। মচৌন্দসু করি করিনো ইংলিশকা কন লোম্লি। মান ঙাংবহু তাদনব ঐদি হেক্ক থোগংলে, মিশ B সু ইতুংদ নক্ক 2nd চেন্দুন মাগী Humber হু পাইহুন থোগংলে। 3rd চেল্লিব Mr Y হায়ব discipline কয়া লৈতব পাথং মচাসিসু 1st তারগ থংকদবগী মতাগুম মণ্ডিস' কুং কুং থিংহুন মুঙ শিংকৌ মমাংদ পাইথংলকপনে করিনো। ঐদি ইহে, Miss A দি মাগী কোম্মোং য়োরহুন মমুমদ থোজিনপ্রে। মিশ B গ মথোয়নী মথোয়গী কোম্মো, তাম্ন তাম্নবদ লম্বী অথুবদ 1st তামিম্নরহুন— মথোয়গী কোম্মোংদ Letter অম Prize দোন পীরকই হায়। মদুংন মহু উহৌরহুন নিপামচা Mr.

Y হু থর য়ৈবিখ্রমাবে ঙরাংদি। ঙসি লাইরিক অম কা-রকপদ Miss A গ B গ কল্লক ·পেল্লি থর য়ৈবন চুম্মি হায়হুন রারী শাহুন লাকই।

বি ১: মিশ ললিতান লীবিরিব রারীহু ঙরাংগী রারীনিকো?

জি ২: অহোয় রারীনি Mr. Yumjao Singh.

বি ১: রারীহুদ করি ফজব পাউতাক য়াওরিবগে?

জি ২: পাউতাক হায়ববু ভাওশিন্নবগ চৈ চায়, মান চৈ চাবদ খুপীমচা লমজেন চেনমিন্নবাশিংন মপি তাবাদ হায়রুমু কল্লক পেন্নৈ হায়বসিনি—Resemble not the slimy snails, who by their filth reveal their trails. Let it be said where you have been, you left the face of Nature clean.

বি ২: থঙনিংলব রা অম লৈজরে ঐ অমুক্ত হংজগে শিডেল লৈরাং মানবী ইচন ইচেশিংদা।

জি ১: হংবিয়ু য়ানি খোইমু খোইভাংগ পান্নবব ইবুং কৌগত্রা ইকপ্‌ান চুম্মগত্রা?

বি ২: করম্ব খোইদাবুনো লৈরাংন লুন জোবিনিংবসিবো? করম্ব খোইবীনিংখোবুন শিডেলশিংন মুংশিবিদবগে?

জি ১: য়াম্ন থংনিংন উই মিষ্টরসি, অথঙব য়াওরবদি ইচিম্নাওশিং, থর তাকপিয়ুবা?

জি ৩: ঐন থঙজব তাকচৌ হায়রবদি— লথীদ ছাত্রীন ইকাইন চংচবর লরুবিব, রাচোপ ভাংবদ মী উদব খোইদা ভাং, ক্লাসক ছাত্রীশিংন ওথাগী Lecture তারিবৈদ ভাওশিন্নমুন

লাংৱ, মত্তা ইচ চাদন মরৈ য়েংপ, থোইমুগুম্ম ঙ্‌ং ঙ্‌ং ঙংহুন মীচোন্দ disturb তৌৱ ব্যবহার থঙদব থোইমুগা আংন মরোইরে ঐন মুংশিদব। মরমচং ফজব, লাইরিক থোৱাই য়াওব, মথৌ নিংথন তৌৱ, মরিংজেল ফব, মরৈ-বাক নীংব পাথংবু— লৈশাবী কনান পাম্মোইদগে ?

( ময়াম্ম থুবাক থুই )

বি ৩: My dear friends, করম্ম Girl বু ঐথোয়ন ফজবীনি হায়ন লৌনবগে ? অথঙব য়াওরবদি কনানো অমত্তা তাকপিয়ুবা ?

হিল গারল ৪: What is beauty ? Not the show of shapely limbs and features— No. These are but flowers that have their dated hours, to brerathe their momentary sweets, then go. 'Tis the stainless soul that outshines the fairest skin.

ফজব করিনো ? মঙং নাইব হকচাং কয়াং অমদি শাহো উংপ নত্তে। মথোয়সিদি শিঙেল লৈরাংগুম্বদনি পুংফম কক্ল শাংচগদবা, মিকুপ থরগী মুংশিনতু মুংশা হোম্মরগ চং-খিপদব। থমুংদ লৈব অমোংপ চুদব থৱাইহুনি ফজবে হায়নব উনশাদৈ হেম্ম ভানবদি।

নিপাগীম্মু মুপীগীম্মু ফজব হায়বসি থৱাইগী মচু লমচংত লৈবে।

বি ৩: Thank you Hill Beauty, I quite agree with

you, কুপ্পী কৌ মোইথাং কৌ, চাকহাও ককচেং কোগ ভাতোন থাবক ভক্রা শরেং চারগ টোটি ঈশিংন ঊকক্কত্নুন স্নো পাউদর তৈক্তুন লাইর চুদংনবশিংগী চেং য়োম্থোক্তুন ফজরকপ শক, কুচু কুমেন লৈহাও লৈরেন, থিক থা মাইথোং খুবোমদ কারকপ muscle অমদি skin colour ন কজ-ববুদি চদংনরবশিংগ তম্মাই য়েন্নত্নুন চামিন্নবগী মশা তবা তবাব, তনাপ তনাপ্প, মখিংন তক তরুব, মবুকচেলন সনা অহিংব মচু মানবীত্নুন য়াম্ন হেন্ন কজ্ঞে, I am quite sure of it.

জি ৪: কজব হায়ব মিংকি চিঞ্জাক থাকপিদ্রবস্থ মরম্মাই অতুম হিংজবগী য়াহু অমুক্ত থম্বিখো— My dear. মচিঞ্জাক হুনবিদ্রবদি হকচাং পুম্নমক থরক থরক কংশিল্লকপ পুক্তি য়াহু অমুক্ত খিত্তং হায়জগে।

বি ৩: হায়বিয়ু তাসি My dear.

জি৪: ঐন Youth forum দা পাজনব লেংজরকপ য়ারেং হায়-গদ্রা শৈরেং হায়গদ্রা পরেং থরসি নাওসেকুস্থ জাংনি অমুক্ত তাবিসি: Theme দি—

"চাক তাংবদ"

চাক-ভা! চাক-ভা। করম্নো মৈতৈ স্না লৈবাকসিবো। চানব চাক ওক্তে, চরি থবং, মিং কুংসিং, কুচু তাইফেং; পাস লাম্মে, মাইরেল লাম্মে, থন্দে য়ামগী তঙ্গং অনীন, কৈদৌঙৈ অমুক্তং পুকসি থম্ন চাব ফংলগব লফু হৈকক! থবক শূব, লৌ উব মীদি ইয়াম য়ামদে করম্নো করম্নো,

চানিংব চিন্দি য়াম্মেদা, মুপী চেম্বদ খৌনা ফনরবনিনা ! চহি ওন্দ্রিব ঐখোয়' চেং-হাও মনম মুংশিরবতুন টাইফোইদন না'তুন চেংবুম ওল্লগ চাকলুক্ত ওল্লবসি করিগনো ? লাই খুসেমদি চবান খারগ মরমতু থিভম থডইকো, তাইবং খু-সেমদি ফাব ভুমদনব খুংকম মুথংলম্বন জ্ঞান তানদ্রে পঙলব প্রজ্ঞ চাক য়াম্লপ চাজরম্বশিংদি ! চাক—ভা; চাক-ভা ! চাক্ল চেনখিব ভান লোংখিবসি, কয়া কুইদোব কেকু লোংপিনো ? ফোং ফোং ফোংবিরো, দে ! পাক্কি লান্দ, চাকতাং লাইথেক্ত ফনস্থ য়াম্ল শিংখ্রে তাইকো, অতুবু খুল্লক ইরক লৌরাইদ ইম্ফালদ লৈকাই লৈকাইদ চাক চাব অভাং অম্মুক য়াম্ল থোরকপসিদি করম্লো ! হিঙ্গোলদি শূদ লৌদ উদন অভাং উত্তুন লৈনরব্রা ?

পোংন তাংব্ন সন থাকপ ফাও রানরব মতমসিদ, অভাং অম্মুক য়াম্ল লোকপ'সবু মবুক থাকপ ঙম্মরদ্রা ? কাম্নদোব লৈতুন অভাং লৈবি'নংব য়াওরবদি লোবুক্ত খোইবিরম্নু ইম্মোক্ল য়াম্ল লৈরে, হোংন থাজগে ১০০ দা ৫ দং হারপ । মবুক্তদি থাকপিয়ু মফি থোনবিয়ু পাখঙ ফাব ফাওদং, থর চাওরগ লান্দ থাবিয়ু নোংমৈ কাপ্লুনব পোং হোল্লুনব। চাক—ভা চাক ভা ! চাক্ল তাংলিব, জ্ঞান ফংদ্রিবা । চাগেদা হায়ব অভাংন য়ামযোক্লক্লিব মিকুপ খুদিংগী অমমম, থবক শূগদব খুংন মশীং নৌরিব তমবন হৈরিব, হরিবোল, হরিবোল ! চৌম্ন ভাংলগ তাংতুন চাগে ভাক্ত, থঙদ্রে, থঙদ্রে, চাক তাংবব হেক হোংলিব হায়ববু চাবগ লাম্ব চানিংব চৌল্ল মতাইরে, চাক-ভা, চাক-ভা ! লোইজরে ।

( ময়াম্ব খুবাক খুই )

বি ৫: My dear friends ঐস্মু ইংলিসকা মৈতৈ লোনগ য়ান্নব, শৈরেং ওই য়ারেং ওই মরাং মরাংব অমত্ত ময়ামদ ময়াম্ব তাবিনব থৌজগে, অরা'ল অহুই ত্তাকপিয়ু। হিন্নমদি মুংশিরব জবানশিংগী মরমদ'ন।

Oh, the Jawans that are no more,
fighting the wolves on the border।

অব্বাব'নি, ভারত মচা অব্বাব'ম, খাংবিয়ু নিপা মুপী থোক্ক য়ু'রি পাকিস্তান, থু'জিন্দ তুম ওইন, কক কক মুক্তিগী, চ'লে ভারতকি কাংখল থাম্নো লীন্দুনী শাইওন চীম্ব, চিকদবগী ময়া কাম্নি হা হা, হুন থল্লব য়াখোও ত্তাক্কি।

Oh, the Jawans that are no more,
To whom our people is indebted forever।
For them many a countryman in the rear
Shadstears from their lips, not from eyes,
I am afraid they are out so sincere
But we, youngmen feel their loss
A loss not replaceable by mere words of mouth

মখোয়দোন থৌব নত্তব ঐখোয়ন করম্ব শিন্নুনি মহুত্ত্।

A bullet pierced through the belly or the brain of a man in the prime of life cannot be extracted and healed up by crocodile tears.

**Oh—the Jawans that are no more, facing bullets and jets, tanks and hell fire which are not kind as lovely girl friends** অশেংপ খোমজিনদ নৌরব লেংন্দাদ হায়রব নত্ত্রে পিকনিক চৎলুসি. সিনেমা য়েংলুসি অনৌব ফিল্মনে।

What did the Jawans de nand of us Before they entered bravely the ja vs of death ?

The noble souls demanded service and sacrifice. Less talk and more work.

ওস্মান নিংথিন তশ্বীব, ছাত্রন হৈবিংন ভমহৌব, লৌবুক্ত, কারখানান, আফিছ্ট, মথৌ মথৌ নিংথিন পাংলকউ হায়রমই পাখৌশিংন লান্দ মতুং ইল্লক্ত বস্থ।

Friends dear in the rear away from the fire. It is a shame to be false to the Jawans who fought fire and died to make us live. Every Indian must do his duty sincerely as they who shed their Blood to the last drop for the land of their love, for you and me.

মরৈবাক্কিচম্বক মথক্লাই থাখিব পাখৌশিংদে। ভারতকি, মশাদ ঈ মরিক অমত্তং চেল্লিবমথৈ হনখিদব লিংজেনদে', হাংথিব নত্ত্রে য়েক্রবন, শিথিব নত্ত্রে, মাংথিব নত্ত্রে মুংলোই মমিংদো মখৌনাদো, মুমিংন থাংন থোক্লিবমথৈ, উগনি মখোয়দৈ শিন্থথিব ভাংলব ফজরব ঈখেংদো, মচু কয়াগী মরিংজেলদো', মুমিং থুদিঙ্গী উব ফঙ্গনি অযুক্ত মুমিংন চৌষ্কের থিঙ্গংলকপদ.

নোংজাবীন নোংচুপ্ত বোকপ খুদিংগী লৈখ্রিদব জবানশিংগী মরমদ ঐন হায়নিংব রা ইরোল শুদবন কোংবোকপ ডমজ-দবসি মহাকবি মিলটন মাগী মরুপ লৈশিদসন Irish sea দা লৈখিদবদ তেংথাখিব মরোলছুবু খিজুং তেংথাজহনগে :

"Weep no more. woeful shepherds, weep no more,

For Lycidas, your sorrow, is not dead,
Sunk though he be beneath the watery floor;
So sinks the day star in the ocean bed
And yet anon repairs his drooping head,
And tricks his beams, and with neew-spangled ore ......,
Flames in the forchead of the morning sky:
So Lycidas sunk low, but mounted high,
through the dear might of him that walked the waves.
Where, other groves and other streams along,
with nectar pure his oozy locks he laves,
And hears the unexpressive nuptial song,
In the blest kingdoms meek of joy and love.

( থুবাক থুই )

টি ১: অতৈ কনা কনা লৈরিবগে থবাক্ত থৌনাওদ হায়দোক্লিংব রা নহানমথৈ ফুন্দুন লৈরম, মতু ময়ামদ ফোংদোক্লুন হকচাং রাই শংনিংবা ?

বি ৬: ওঝাবু ঐগী অমত্তং নৈজে, ময়ামস্থ হিরমসি হায় খঙবিরম য়ারে, নিংথমথা চংলকপদ অয়াম মীন লোক থুংনবগুম— common disease নি। অদুবু ঐভোন্দদি লাইনা অসি খর থীন পাল্লে, কোংদোক্লগ খিত্তং ইশা য়াই শংত্রা য়েংজগে।

জি ১: পরপ পরপ ভানিংলে, হায়দোকপিয়ো করি হিরমদনো? Pakistan গী foreign minister Z. A. Bhutto না হন্দক U. N. O. গী Security Council দা Jammu Kashmirগী internal problems খনৰ হৌরকপদ Indian Delegate শিংন Council দগী walk out তৌখি— ইমুং মনুংগী য়াবু world গী forum দা নৈনৰ হৌনদে হায়দুন। মতুদ পাকিষ্টানগী ভুট্টোন হায়খি, "Indian dogs have run away from the security council but not from Jammu and Kashmir". ভারতকি হুইশিংহ Security Council দগীদি চেনখ্রে, জামু কশ্মীরদগীদি চেনখিদে। ভুট্টোন ঐথোয়বু ভারতকি হুইশিং হায়খি পৃথিবীগী মীয়াম তিনকমদা।

ময়াম: Shame, Shame; Shame;

বি ৬: Order Please, য়ারবদি ময়াম ঐবু অমুক্ত থাবিয়ুনে ভুট্টো অমুক্ত উরক্রকগে, মচিন্দু শিংজেন শিংলগ থুম মোরোক খিত্তং চায়জক্রগে। শয়েংগ শয়েংগ পাম্বোমগ পাম্বোমগ ভানতুন অমুক্ত থিংলংনজক্রগে। চহি ১৫০ গী মমাংদৈ মুস্লীমশিংন ভারত্ত চাওখৎপৈ লৌচং তখিৰকপনিস্থ হায় হায়ে। U. N. O. সিবু চিন থীব ভারভয়া? ইংলণ্ড, আমেরিকানচিংব চাওখৎলব

লৈবাক কয়াগী মীহুংস্তু ক্ষম্মিবনি, জাতি অমন জাতি অমদ dogs হায়বদ করিমত্ত খংনদব, থাম্মদবসি ব্যবহার খঙদব সভারা ? নত্রগ ভারতপু হুংশিদহুন অপঙব মচিন থীব পাকিষ্টানবু য়োকথংলব্রা ? অচ্চ, তোল্লিদা United Nations মহুনস্তু পৃথিবীদ শান্তি থম্মব লাক্লিবনি হায়ব শায়। মীশক মীমাম্ম য়েংব, মশাগী মরৈবাক কান্নবদ য়েংবশিংন কৈদৌঙৈদ অশেংব শান্তি পুবকপ ঙম্মোই পৃথিবীদ। চাও-থংপৈ ওঝাশিংগী ধারা নাশা ওইরিব পাকিষ্টানগী ভুট্টোন চাংথিব অচোম্প রাজু মপা চান থুম্নব অথীব ব হৈ চাওথংপ ভারতকি লোন্দ, Dictionary দা থিব থংদে, মরম অহুন ভারতকি লুচিংবশিংন অরেম্ব রাইহতন পাউথুম পীনখি। Pakistan গ ভারতক লৈবাক মচাতাব, চাওথংপ, রাহৈ খোনফম কনান হেনবগে বিচার তৌবিয়ু।

( ময়াম্ম থুবাক থুই )

অহুবু ঐদি শগ্নাই ওইন Pakistan অমস্তুং India গী Border দা Sialkot Sector দ্রা অমুক্তং Rifle অমমব পায়নরগ য়েংননিংই—Indian dog না ওমত্রা Pakistan Pig ভুট্টোন ওমত্রা হায়বহু।

( ময়াম্ম থুবাক থুই )

টি ১: Order please, Order. মীন অথিব রাহৈন চৈব হৌ-রক্লগ ঐখোয়স্তু অথিব রাহৈন থূমহুন মীহুগ চীন মোংমিন্নব হৌনদে। মথংদ পৃথিবীগী ফাওরব ভারতকি শ্রীরবীন্দ্রনাথ

ঠাকুরগী পৃথিবীন ফিদম লৌনিংডাই ওইরব লাচিংন লেংব কবিতা অমত্তং তাসি। Miss জি ৩: ......Please go on.

বেঙ্গোলী গারলস :

হে মোর চিত্ত, পুন্য তীর্থে
জাগ রে ধীরে—
ঐই ভারতের মহামাণবের সাগবতীরে।
হেথায় দাঁড়ায়ে দু বাহু বাড়ায়ে
নমী নরদেবতারে,
উদার ছন্দে পরমানন্দে
বন্দন করি তাঁরে।
ধ্যান গম্ভীর এই যে ভূধর,
নদীজপমালাধৃত প্রান্তর,
হেথায় নিত্য হেরো পবিত্র ধরিত্রীরে
এই ভারতের মহামানবের সাগর তীরে।
কেহ নাহি জানে কার আহবানে
কত মানুষের ধারা
দুধার স্রোতে এল কোথা হতে
সমুদ্রে হল হারা।
হেথায় আর্য্য, হেথা অনার্য্য,
হেথায় দ্রাবিড় চীন—
শকহুনদল পাঠান মোগোল
এক দেহে হল লীন।

পশ্চিম আজি খুলিয়াছে দ্বার,
সেথা হতে সবে আনে উপহার,
দিবে আর নিবে, মীলাবে মীলিবে,
যাবেনা ফিরে—
এই ভারতের মহামাণবের সাগরতিরে।
রণধারা বাহি জয়গান গাহি
উন্মাদ কলরবে
ভেদি মরুপথ গিরি পর্ব্বত
যারা এসেছিল সবে,
তারা মোর মাঝে সবাই বিরাজে
কেহ নহে নহে দুর
আমার শোনিতে রয়েছে ধ্বনিতে,
তারি বিচিত্র সুর।
হে রুদ্রবিনা, বাজো বাজো বাজো
ঘৃনা করি দুরে আছে যারা আজও
বন্ধ নাশিবে, তারাও আসিবে,
দাড়াবে ঘিরে
এই ভারতের মহামাণবের সাগর তীরে।

টি ১: Youth forum সিদ ঐগীসু হায়নিংব রা খরদং ভাংহৌব তায়রে।

বি ১: তাকপিয়ু ওঝাবু। করি হিরমদ ওইরবনো?

টি ১: Pugnacity গী মরমদ'ন। থংনগনব, মীন লাকচব

য়ানব. করিগুম্ব হিরম অমদ মীগী মোত তিম্নব্রগ অচুম অরাদতু অক ফত্ততু পাঙ্গল মুক্করগ হুমাং তাম্নরগ অওম্বন চুমনীংব মীতা স্কুলগী অমস্তুং কোলেজগী ছাত্রশিংদ উব ফংই। Pakistan না Jammu অমস্তুং Kashmir গী ৱাফমদ মরম ইচা চাদন নোংমৈন বিচার তৌনব পাম্বগু-ম্বনি। থংনব অমদি লানগী অমাংবনি হায়নব্রবম্মু সাথিন থং-ৱব ভাক্তনি। ঈশ্বরন নহাদ পীরকপ থংনবিংব মচিং অসি চৈংথক্তে চেম্বরকপ অকম্ব ঈশিং ঈচেলবু সৌবুক্ত মহৈ মরোং থোকহন্নব নত্রগ পন থাগৎলগ Hydro Electricity লৌহুন Industry দা মতেং পীহনব য়াবগুম Pugnacious habit থংনবীংবৈ মচিংসিস্ব Football, Hockey Game অতৈ অতৈ অমস্তুং sports নচিংব Socially useful ওইব হিরমদ Canalize তৌব য়াই; debating society দা য়াওরগ হয়েং Lawyer ওইন নত্রগ Politician অম ওইন Successful ওইথিনব কান্নরব ইফুং অমনি। মরম অসিন নুংভাইনদব পুকচেল তিম্নদব হিরম লৈরগ নহারোলন নুংহুম, উতুপ, থাং অমস্তুং physical force ন অওম্ব তানব ফত্তে। হৈনথিবশিংন নিপা থোক্লিংহুন Selfassertion গীদমক করিম্ম লৈতব হিরম অমগীদমক থুদাং তাথংলি, কি শেমই। মহুগুম্ব লীচিংহু মীয়াম্ব য়াব Game, Sports, Debate and discussion দা কায়থোক্তন শিজিন্নব হৈক। মসিথক্তনি ঐন

হায়নিংব। মথংদ ঐথোয়গী ওঝা অমনা রা থম হায়বিনিংঙ্গে।

টি ২: Success, মায়পাকপ হায়বসি নহা থুদিংন পামই অচৌব থবক পুম্নমক য়াম্ন রান হোৎনরগ পাংথিব ডাক্লি। মায়থিব কাংবুন লায়বক্ত তায়নরগ মমাই ইংহম্নব লাম্বৈ লায়বক লাইরেম্বীন থোঙ্গান্দ লাক্লগ সঙ্গোম য়েল্লবদো য়েল্লগদব নত্তে। অহানবদ ওইথোক্লব ওইরম্ব কয়া ওই খিদ্রে হুক্কিক, ডক্ল ডক্লব অনৌব কয়া বিজ্ঞান, থৌনান, হোৎনব কনবন পুথোক্লুন ঐথোয়ন ডসি মীৎত উনরিবসিনি। নোংচুপ্ত হোল্লগ Columbus না ভারতবর্ষ থেংনব, Scott না South Pole য়োব, Hillary না Everest কাক্লবা ওইথোক্লব ওইরম্ব ডাক্লি। থাজবগ লোয়নন কম্ন হোৎনরগ পাংব ডমদব থবক ইরৈ লৈরমদ্রে। মায় পাকপ হায়বসি উহৈদোন হেক্কদব নত্তে, মীন থুদোন পোং ওইন পীরক্কদব নত্তে। মায় পাক্লগে হায়ব নিপা হুপীহুন মমাইহু হুংথংন তাক তাক অরেপ্প লৈতব য়েহুন শেমগৎচগদবনি, শাগৎকদবনি, রান নোমগদরনি। পাংলগে হায়রগ থবক পাংবনি, উইন কন্দব, পাংদব অতনবদি মায় পাক্তে, অসিথক্লনি ঐন হায়নিংবা।

( Plus a part of the one act play "Arangba & Chidekpa" lasting 7 minutes )

19. 11. 66
Broadcast at 7—15 P m.

লোইরব।